# বাহৈ-[illegible]

মীওইবা হায়বসি য়াহৈ। অময়োমদা পঞ্চভূতনা শাবনি হায়নরিবনিশ অদুগুম্বদুনা মীওইবগী সমাজ অসিদা হৌজিকী ওইরিবা সমাজ। অসিবু চাউখৎনবা, ফগৎনবা, অমগা অমগা চায়-চিন্না শেম্বা তায়বদি মরু ওইবা পোৎশক থর চঙই। খুদম ওইনা হায়রবদা মীপুম খুদিংমক অহল নহা থাক্তনা এডুকেসনগী মঙাল ফংনবা হোৎনবা (ii) কেমিপি স্নাকনিংগী কায়বা অমসুং ভাব তাহনবা (iii) কর্মগী মরম্বা য়েৎনবা তোক্তুনা পূম্না থবক শূহন্নবা (iv) মস্নামগী ফুনবা লৈরক খুল্লক, লম্বী থোং শেম্না। (v) অকবা অমসুং অচুম্বগী য়াথল পোক-হনবা, মদুনা মমৈদা জয় ওই হায়বসি থঙহনবা অসিনচিংবা অসিনি।

লাইরিক মচা অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যসু মথক্তা মরুওইবা থৌরাং মঙা পীগ্রিবা অসি পাঙথোকপা অসিনি। মপুং ফানা কোংদোক্তুবসু য়াহৈ থর থর ওইবা অসিনা সমাজদা কায়বা খিত্তং ফংগদ্রা থঙজদুনা লাইরিক মচা অসি-ইজবনি। শেন্দবা সুংঙাইতবা কয়া য়াওরুবসু সমাজগীদমক্তনি খনবীদুনা ঙাকপী-গনি নীংজে।

লাইরিক মচা অসিবু সুংশিবীদুনা মণিপুর সরকারনা অঙম্বা মতেং পীবিদুনা ময়ামগী মকমদা লান্থোকচবা ফংবা অসিগীদমক মণিপুর গর্ভনমেণ্টগী এডুকেসন ডিপার্টমেণ্টপু হয়া হয়া থৈকাইখুম্নবা উচ্চরি।

শ্রীধনঞ্জয় শর্ম্মা

ব্রহ্মাচারি।

শতুর [redacted]

## নিপা

১। ভোমরু — লরাইগী ইনাক খুনবা নিপা অমা (চহি ৫০)।

২। রাজো — মচানিপা পাখঙ।

৩। বোড়া — মীনাই অহল।

৪। নব সিংহ — মনিগী মরুপ।

৫। ভালোক — অহল অমা।

৬। কুমার — লাইরবা পাখঙ মচা অমা।

৭। ইবাইহল, চাওবনচিংবা

## নুপী

১। থম্বাল — মমা পোক্তবীনা য়োকপী লৈশাবী অমা।

২। অপাবী — থম্বালগী মমা পোক্তবী (চায়াম পোকপীনচিংবী)।

---

মমল লুপা [redacted]

# পঞ্চভূত

## অহানবা শরূক
## (১বা উৎপা)
## লম্বী

[ য়াউশঙগী নিনী চনবা নুমিৎনি। লরায়গী খুল অমগী চিদাইদা ময়াম ইরাঙ লাঙই। খরনা পৈশা নিরি, খরনা ফি মুনবগী রা রা লাউবা মখোল তারি, খর অমনা ঈশৈ ওইনা শক্রুনা চৎলি। থাবল চোংবীগী পুংখোল তাবা ফংই। মতম অসি নুমিৎ তাদ্রবসু মফম অসিগী নুংঙাইজবা অমা ওইনা থাবল চোংবীগী মখোল তারি ]।

খুল অসিগী মমিং হাইরপ চৎপা, ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা "রাজো" না অহল ওইরপ তৌরবা মীয়ায় চল্লবা মনা খরা তাথীবা মীনায় "বোড়া" গা নোয়ননা য়াউশঙ কোয়রবা লাকই। অহল মীনায় বোড়াদি নুপীমচা খরনা আবের তৈবীদুনা থাপ্লপ লৈহৌরি। রাজো "থম্বাল" দেবীবু থিবা লাকই।

রাজো।—( থোরকই ) ঙসি অসি য়াউশঙগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। নুংঙাইরবা মতমসিদা ঐগী পুক্রিংদা ইচিং-চিংনবা অমা লৈরিব অসি করিগীনো? অস্থক য়াম্বা ইচল ইচে, পাখঙ লৈশাবী ময়াম চৎলি, ঐনা মাবুতদি মউদ্রে। মহাক

অদুবু চংথ্রবা জাংলা. নত্রগা মযুমদা লৈরিগদ্রা ? ঐবু মযুমদা চঙলুসিরা ? উম—( বোড়াবু কৌবা ) ও – খুড়া, খুডা। কদায়দা অমুক লৈহৌরে! মসিগী অহল অসিদি। ( য়েংবা )।

বোড়া—( মনুংদগী ) ও.... ইবুংঙো, লাকচরে লাকচরে। ( মমায় মশম অবেরনা পূমঙাঙ ঙাঙদুনা থোরকই )।

রাজো—নত্তে, করি অমুক তৌদুনা লৈরিবনো ? ( আবের তৈবদু উবা ) বাঃ হরে হরে – খুড'।

বোড়া—করি তৌরবগে ইবুংঙো ? ( মমায লোংপা )

রাজো— এ-এ - ফজরেদা। নপে কথোক নয়া লাংলবা নঙনা হৌজিকপু !

বোড়া—এঃ ইবুংঙো ওস্থোকপা হায়দুনি। মতমসি ওস্থোরুা ঙাও-থ্রেদা।

রাজো—মতমসিনা করি তৌরবা ?

বোড়া—কমদৌবা ইবুংঙো ( মনা থাঙ্গৎপা )।

রাজো—( কম্না ) মতম অসিনা করি তৌরবগে ?

বোড়া—'স্থম তৌবা ইবুংঙো, কদায়দগীনো সুপীমচা অনী অহুমথক চেস্থোরক্লগা, খুড়া, লাইগী শিন্দুরসি খিত্তং নম্বীগেশে হায়রগা, ঐদি ইচম চম্না হোয় হোয় নম্মু, নম্মু, ইচাসিদি হায়দুনা হেক নোম্থবা, অদুগদি মথোয়না কনাগী মায়-মিৎ, ফূবিৎ-ফিরোল পুন্নমকসি পঙতে হেক তৈবনিদনা, ইস, ইকায়থ্রেদা সত্য।

রাজো—করিদোনা ইকায়রিবা ?

বোড়া—( তাকাত্তহুনা ) কমদোবা ইবুংঙো ?

রাজো (লাউনা) করিগী ইকায়রিবনো ?

বোড়া—এ ··· এ মুমতোবা ইবুংঙো, ইবুংঙোখোয়দি নহানিদো অহৃদ। ····খুড়াখোয়দি····।

রাজো—হোয়নে হোয়নে, চতুম চৎপি থেঙখ্রে।

বোড়া—( শেরাম্মনা তাহুনা ) করি হায়বা! অমুক লাকএ !! ( চেনগে তৌবা )।

রাজো—( ফাহুনা ) খুড়া! মসিগী অহল অসিদি।

বোড়া—হাঃ লাক্লেযে। ইস, ঐদি ইপা পাখৎলুরেদা। সত্য শেল পীরমদনা চেল্লক্লিবনিনে।

রাজো—এঃ পণা পায়বা নঙদি করিগী আবের তৈরুরি ?

বোড়া—কদায়দগীনোদা ইবুংঙো, আ-অপাবীগী মমাখোয় ওইরবদবু ঐনা চেঞ্জকখিগদ্রে। থেক তেক্লা য়েংনগদবনিদা।

রাজো—ওস্থোকপা ভাব হায়বদু ওইরে।

বোড়া—ঐবু ইবুংঙো—তৈররোই তৈররোই। অহৃদা ইবুংঙো, য়াওশঙ হায়বসিদি মপানবু থোকখ্রবদি অহল ফাওবদা করিনো অমদি তৌইবা।

রাজো—ফরে তুমিন লৈরো, রা অমা তান্নসিনে।

বোড়া—(সেরান্নদা তাহুনা) হা কনানো চেনখ্রিববু খুডা তান্নগেনে, হেরা—মা-গুম্বা মুপীমচানবু । মফি শেম্বা )।

রাজো—খুড়া! ( শাউবপ লাউবা ) মসিদি। কনানা নঙোন্দা চেনখ্রে হায়। মসিদি····

বোড়া—চেনখিদেয়ে। ঐদি ফি শেম্মরগা।

রাজো—সে, রা হায়গে মুন্না তাওনে। তারব্রা?

বোড়া—ও, তাজৈ, তাজৈ।

রাজো—অমুক ঙাওখৎলক্লবদি খুত্তুমনা শুগদবনি।

বোড়া—কদায় খুৎ শোক্লসি হায়বদ্র?

রাজো—( শাউনা ) খুড়া! ( মুন্না য়েংবা ) অওইবর' খুড়া নঙ?

বোড়া—এ-এ, ইবুংঙো, লাঞ্জরে লাঞ্জরে। খুড়া রা অমত্তা ঙাঙ-জররোই।

রাজো—মসিদি....। সে তারোনে ( মনাকোং ময়াদা ) ঐখোয়গী ফাদর (father) দা ঐনা হায়য়ু হায়বা চাওভলগী মচান্নুপী থম্বাল—খঙলব্রা?

বোড়া—অং অং খঙজৈ খঙজৈ তাকপীয়ু।

রাজো—মাবু থিরকপনি অদুবু উদ্রে চৎলসিরা লৈখিসিরা?

বোড়া—(শেরান্ননা ভাচুনা) করি ইবুংঙো, করি! থম্বাল বু শিরবা। ইস ( মকোক পায়দুনা ফমথবা ) ইবুংঙোদি ঃাঙজরেদনা ও.... ( কপ্পা )।

রাজো—খুড়া! ( শাউবা ) হরে হরে, মসি ঙসি য়েংউ!

বোড়া—( ভাদে ) ঘরে ইবুংঙো, করি ঙইনা করম তৌখিবানা? ওস্থোকইদা, ওঃ ঐখোয় ইবুংঙোনা য়াম্না কন্না শংজবা অদুবু তোক্লেদনা।

রাজো—( শাউনা ) খুড়া.... মসি কোক হেক থাজিম্নিকো।

বোড়া—হা কোলেরানা! ওঃ ওস্থোকপনিদা! হোয়দা কোলেরাসি ইবুংঙো কুমসিগী লাইচৎনিদা....।

রাজো—কনাগী কোলেরানো হা? মসিময়াম অসিগী-মমাঙদা পংখৎ খৎনদুনা তোকনিসে।

বোড়া—খন্নগদবদি খন্নগদবনি। মাগীদমক তৌবা রাবা নন্নগী ফিদওইরবসু তৌবিগদবনি। শেল কয়াবু চঙলুপ্পরনো হা?

রাজো—ফরে, শোরাংতু নঙ হেক শোল্লো, পুরিংতু নঙ হেক ওইরো মথোঙ চাদবা হায়রবু।

বোড়া—নত্তে ইবুংঙো করি অমুক তৌরবগে?

রাজো—করি অমুক তৌবা। কনানা নঙোন্দা শিরে হায়?

বোড়া - হা!! শিদবা। ইস্‌… …ঐদি শিরে হায়না ওস্লোক্লা রাক্লরেদা ইমাইপেম্মা ঐ মায় খকমল্লিক্কো। সত্য।

রাজো—রাখো-দনা শকশিদি।

বোড়া—অদুদি ইবুংঙো ময়ুমদা চঙ-লুসি হায়ব্রো?

রাজো—খঙদেনে ময়ুমদা চঙবসিবু……।

বোড়া—নিপা মচানবু চঙবা কিরিবরো?

রাজো—কিবগী নত্তে খল্লিবনি।

বোড়া—চৎপদু রাওখিব্রবদি ময়ুমদা লৈরম্বা তারে (খনবা) অদুবু মীনা, ইবুংঙো য়ারবদি হোরেল থাবল চোংকমদা উন্নবনা ফরেদা।

রাজো—উম্ মদুনা ফবা তারে, অদুদি চৎসি।

বোড়া—হা চঙঙখিসি?

রাজো - চ-র-দা-য়ুমদা! (লাউনা) তারব্রা?

বোড়া—য়ুমদা হো হো (চৎপা)

রাজে।—মসিদি লাক্লবা শাথিগদৌরি ( চঙখিবা )।

( নাকল অমদগী কুমার, য়াম্না রানা চারক-থক্লক্তবগী মশা। অদু ইচোক চোকথবে, মকোই মরাং ইচোম চোমই খাও অমা য়াল্লগা চঙলকই )

কুমার- ইস্ রাজ্রেদা সুংশা-অসি কয়াদা শাথ্‌বনো। লমশুং অসি লাকপদা কয়াদগী রানবা! খুড়া ভালোকী য়ুম অদুনা কয়া রাৎলিগবা! খূল অসিগী চচল ইচেশিংনা শ্রীবু লায়রবনি খঙদবনিনা লম্বী অসি লাকপদা পৈশা খর য়াওরকপা অদুস্তু লোইখে, চাবস্তু য়াম্না লাম্লক্লে। শ্রৈনা হৌজিক কনাদা চঙগনি। পোৎ-চৈ অমত্তস্তু লৈননবা শেলস্তু য়াওদে। সুমিৎ তাবা ঙাইক্লবস্তু কনাদা চঙলগা লৈগনি। চাদবনা চৎপস্তু ঙম্লক্লে। ( ফমথবা ) সুংশিদা ইমা লৈবাক মণিপুর, মতমগী মতুং ইন্না সুপী অঙাং লোইনমক হরাও মথোই কারি—। ঐস্তু নোংমদি অস্তুম্না য়াওরম্রিবনিকো অহুবু ( মমিগুগী পি তাবা ) লাইবক থীরবা মপোক্লি। কনাস্তু ঐগীদমক অমত্তা লৈশিদ্রে। লায়রবা মপোক হায়বসি সংসার অসিদা পোকহৈদ্রে। ( য়েংবা—য়ুম অমা উবা ) উম্, অসিদা য়ুম অমা লৈরে। ইমুং অসিদা চঙলগা ঈশিং খজিক্লং থক্লগা খোরাংবা অসি কোক্লনি অহুগা খুড়াগী য়ুমস্তু হংলগে।) [ মতম অসিদা অরাবগী ঈশৈ অমা মাগী নাকোংদা তারকই। ]

ঈশৈ—

তোল্লবী মপোক্কি লায়রবী ঐদি
কন্না হন্না য়েংবা উদে ঐগীদমক
লায়রমপোক পোকহৈদে সংসারসিদা।
সুপী অঙাং অহল নহা থাক্কনা
সু'ঙাইরি য়াওশংগী মতমসিদা
ঐগীদি অরাবা কায়নবা বয়ানি।
তাইবঙ শেম্বা মপু লৌশিনবীরো ঐবু
লৈজনীংদ্রে অরাবা কয়া পুত্থনা।
কন'না শক্তি হরাওনা ঈশৈ
নোক্কি-ঙাঙলি অচুম্বা শাত্থনা
সু'ঙাইরি মথোক কারকপগী মতম।
ঐগীদি য়েরুবা ওইরে মতম। (হীরা ২ কপই)

কুমারি কনাগী অরাবগী খোঞ্জেল্নে ?

( মনুংদগী অয়াকপগী খোঞ্জেল অমসু তারি, থম্বালগী মমা পোক্কবী )

অপাবী—ইবেম্মা, ইবেম্মা ! থম্বাল ! নঙবু অদুদা করি তৌবি ?
মীনা য়াওশঙ খোক্কনা কি মুন্দুনা পৈশা কয়া তাগ্রি।
নঙনা অদুদা নমা শিখ্রবী অদু কৌগ্রনা কপ্পুনা লৈরী।
থীদা, মসিগী অঙাং অসিদি !

থম্বাল - ইমা শিখ্রবী অদু কৌদুনা লৈজবা অসিনা ঐগী মরা পোথাকম ওইরি।

অপাবী - হৈমা ! নত্তে নঙবু য়াওশঙগা থোক্লরোইদ্রা, হা ?

থম্বাল - ইমা । ঐবু করি শেৎ চাদুনা থোকউ হায়বগে ? লায়ববী শাদুনা থোকউ হায়ব্রো ?

অপাবী—ইস্, ইমাইপেম্মা ইমাইপেম্মা কয়াদনোসে, নঙগী লৈরিবা ফিরোলশিং অদুদি ?

থম্বাল—ইমা ! অমনবা শেগায়রবা ফিরোলশিং অদু শেৎকনবগী শরুকপুদি অঙাংবা মকম অসিদা ইত্তোমতা পোথাদুনা লৈজগে ।

অপাবী—খঙলে খঙলে মসি ঐবু য়োনবনি । মীনা মমা পোক্কবীনি হায়ননবা নঙনা কন্না য়োল্লি । কৈদোই ? লৈরিবা অদু শেৎলগা লোইরেদনা । নোংমৈ অমুক অহনবা লৈরগা লোইরে । খঙদ্রে, ইবেম্মাহোই । নপানি ত্তোরিসিনা ল'য়না পুদুনা লৈরে । ঙাইহাক লৈরগা হিদাক, ঙাহাক লৈরগা মাইবা, হা অদু হা অদা পুবা থাংবা ঙমজদ্রে । অদুনা লৈবা ঙমজহোদ্রে ।

থম্বাল—ফিরোলগীদমক মিহৌজদে । পাবুংগী কনবা লায়য়েং কন্না হোৎনবীয়ু ।

অপাবী—করে নঙনা থোকপা ত্তোরে । পুবা থাংবা ঙমজপোৎ নত্রে । ( ঙাঙনা ঙাঙনা চৎথি )

কুমার—ওস্থোকপা থোদোক্লি মরাইবক থীরবী. মুজা নঙবু ঐনা ইনাক খুনবা মচা অমা ওইরম্লবদি নঙগীদমক করি ত্তোবা অগদগে হায়বা অদু খঙগদবনিকো । অদুগা খুড়াগী

যুম অদু শ্বায়দা ওইরম্লবদি মুংঙাইপ্রনিদা। ফরে হেক্তা হংলগে (খর চঙলগা) ইচল শরুবী করিগুম্বা অমতা হংজগে ?

থম্বাল—কনানো ঐবু ওইবিরব্রা ?

কুমার —মানি, করিগুম্ব অমতা হংজনীংদুনা তৌবনি ৱারোবীগনু। ঐ।। হংজনীংইবদি খুড়া ভাপোকী যুম অসিবু কয়াম রাৎ লব গ ? অমুক্তা ভাকপিয়ুবা ঐ য়াম্না ৱারম্নুনা তৌবনি।

থম্ব ল - ঐখোয়গী খুড়াগী যুমদি হেন্দোরক্লে — । মথক্তা লৈহৌরে।

কুমার হেন্দোক্লবা ! মুংঙাইরেদা ইচল শরুবী। করিগুম্বা অমতা হায়রজ গ ঐবু হঙোইগনু মতম অসিদা মীগী মযুমদা চঙবদি মুংঙাইরে। অচীকপা মকম অসিদা ঙাহাক্তং পোথাদুনা লৈজরগা চঙজরগে। চানবীদুনা ঈশিং থজিক্তং পীকথকপীযু। ৱারোবীনু খোরাংমরদুনা, লাম্মরদুনা তৌবনি।

থম্বাল—লৌনম্বা নঙবু কনানো ? ৱাহৈদি য়াম্না চোকথরবা ভোগ্রবা মী মাল্লি।

কুমার - অশেংবনি। ঐ য়াম্না ৱারবনি। ঈশিং থজিক্তংদদি থকচখিগে। ঐ, ঐখোয় খুড়া ভালোকীদা লাকচবনি।

থম্বাল—ও....... [ চঙখিবা ]

কুমার—অমুক্তা ঙাইহিখো-ও ....... চঙখে, ও! করিগী মীঙোন্দা অমুম্বা হায়রুরি ? নঙগী অপোকপা নচম্না ? নঙনা

মাবু কদৌঙৈ উখ্রে। অদুবু নুংশিখ্রে্দা শকফম অদু লাইরেম্বীগী শক্লোম্নি। অদুগা মীবু নুংশিবগী ফজববা পুকচেল········ কদায় ঐগী খোৱাংবদি ?

থম্বাল—[ঈশিং পুদুনা ষ্টেজদা চঙলকই অদুগা কুমারবু য়েংদুনা৺ল]

কুমার—ঐনা মাবু ইচল শক্লা নুংশিজকবিবা করিগীনো—লৈশল্লক-পদা থম্বালবু উই, মিৎ চানৈ বৌনবা ঙমনদে রা ঙাঙনদে।

থম্বাল—ঈশিং ( পীবা )।

কুমার—ও। ( চীংলেম্না ) ফজ্জরবা পুকচেল অদুমক্লা ইচলগী থ্বাইদগী লেম্নফমনি। থোৱাংবনা থুমহৎলবা হকচাং অসি অমুক্তা মৈচাক কোকচগে। অদুবু অমুক্তা ভাবপীযু—ইচলবু পোকপা পম্বৌগী মিং অমুক্তা।

থম্বাল—এবু পোকপা পম্বৌগী মিংনা চাউভল। লায়না পুববা শিরমদাই য়ৌরক্লবা ইপানি। লাইরবা·· ···।

কুমার—লাইরবী—ঐসু লাইরবনি ঐগীদি কনাসু লৈজদ্রে। মফম অসিদা ঐগী খুডা ভালোকীদা লৈরগা মতম খরদং থরায় হিংনবা জীবন অসি লেনগে হায়দুন লাকচবনি। [ মতমসিদা ঘোড়া য়েংলম্লগা চৎখি ] ঐগীদি কনাসু লৈত্রবনি হায়যু - নঙগুম্বা ইচল অমতং ঐনা পুম্সি অসিদা কংজনীংই।

থম্বাল—( মিৎতগী পিগী ঈরা চেন্দুনা ) ভাদা। ঐগী ইবুংসু ইপ্বাসু লৈজদে। ঐগী ইমাদি····( হিক্র-হিক্রা কপই )।

কুমার—ঐ লোইনা ভারে—করিগী রারি, য়েংউ মতম চানা

থোরক্লি মুমিৎ, তাখিগদৌরি অমুকসু অদুগা অমুকসু য়েংউ মাওশংগী মতম··· মতমচানা চৎলি ইচে-ইচল পাখঙ-লৈশাবী করিগী থোরক্লোই নঙ ঐগী মুমিৎ থোরকনি।৺ মুমিৎ থোরকনি শোয়দনা। থোরকনি নোংমা নত্রগা নোংমদি।

খম্বাল—তাদা! ঐগীদি থোরক্লোই অমুক হন্না— তাখ্রগনি নোংমদি শোয়দনা।

কুমার—করিগী থোরক্লোই শোয়দনা লাকনি মতম—

খম্বাল তদা! ইপাসু শোয়ে, লাইরবসু নোংম-নোংমগী হেন-জিল্লক্লি। ইমানা ঐবু থীনা থীনা হৈ। ঐগীদমক্তা করিমত্তা খনবীদে মীগী মমাঙদা ঈকায়বা কয়া নংলি। অঙাং ওইরিডৈগী মতৌ অদু কৌজিক ফাওবা হোংত্রি ইপানসু হায়বা ইন্দে অহনা অসুম্না রান। হিংগদবগী শরুক্তি নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐ শোয়দনা শিখিগনি, শোয়দনা শিগনি।

কুমার - করিনো রা অদু হায়হেদে হায়হেদে। পোকভমদনা পোক্লবা মপোকনি। করিগী মতম চাদনা শিগনি, করিগী রারি নঙগীদমক ইবুং লৈরিবসিদি। ইচলগী কব্রি রাৎলি? হায়যু লাইরবা নবুং ঐনা ইচলগীদমক্তা করি অমতা তৌবা ওয়রোইত্রা ( মুন্না য়েংবা )।

খম্বাল—তাদা। ( মুন্না য়েংলগা মমিৎতগী মপি তাররক্লি। মতমসিদা রাজো, বোড়া থোরকই )।

রাজো—( শাওনা) হায় নিপা! কয়াদা উশিৎখিদ্রিবনো ? খুড়া!
লাক্কুনা চিংথুহৈ।
বোডা—( কিনা ) ইবুংঙো! মসি—( মতুংদা লৈবা )।
রাজো—খুড়া মিকিথী, ফৈ।
কুমার—ভায়, মরাল লৈতবা মীবু ফুরগা করি ফংগনি মরুপতা
ঐনা করি অকায়বা চৎখ্রবগে ?
রাজো—করি! নচিন অমুক থীবা শারি ( চঙশিন্দুনা লাক্কুনা
চিংথুবা, কুমার তুবা, রাজোনা নম্বা, বোড়ানা চৈনাফুবা)।
কুমার—ও · ·········
থম্বাল—লৈকাই-লৈকাই মী হাৎলে, মী হাৎলে। ঐগী ইবুংগী
মথরায় অমুক্তা কনবীযু, কনা লৈবগে (চঙচুনা চিংথোকপা)
মনুংদগী ভালোক লাউরকপা মী হাৎলে )।
ভালোক—কনা কনানো ? ( রাজো বোড়া চেনখিবা থম্বাল
কুমারবু কোনবা )।
ভালোক—(ফিংনা চঙলকপা) কনানো ? হায়! করি তৌরে ইবেম্মা ?
থম্বাল—ফুমল্লিবা খুড়া।
ভালোক—কয়াম থীনা শোক্লে ? ( চঙচুনা কুমারগী মমায় ঈ
তৈবা অচু ভেথোক্কনা য়েংই— মানা মানবা মী অমা
ওইরমচুনা ) মসি-মসি।
কুমার—( মশা অচু চোকথনা মমিৎ পাঙথোকই )।
ভালোক—হায়রু নহাক কনানো ? মশক অসি ঐখোয়গী·······
কুমার—কনানো ? ও···· ঐ কুমারনি খুড়া—

ভালোক—কুমার। করিনো নঙনা ভৌরিবসিদি ? (থম্বালদা)
ইবেম্মা হায়রু কনা কনানো ? অদুগা ইচানা করি অকায়বা তৌরম্লে।

থম্বাল—খুড়া রাজো হায়ব্রা করিনো ইনাক খুনবা মচা নমথাক কনবা অদুগা মখোয়গী মীনাই অদুগনি। ভাদা অসিগী মরাল কয়িস্নু লৈতে। মানা করিস্নু হায়রুবা নত্তে।

ভালোক—উম্........মরাল লৈতনা ইচাবু করিগীদমক্তা মখোয়না ফুবা ! কৈ ইচাগী লমম চপ চানা খুমগে, করে, চঙলসি ইবুংঙো। (কোনথৎপা)

থম্বাল—খুড়া ঈশিং থক্কনি হায়না পুরকপা অসিস্নু থকহৌদ্রে।

ভালোক—করি, ঈশিংস্নু থকহৌদ্রবা ! (কপ্পী-কপ্পী তৌবা) ইপাগী ইবুংঙো, করি তৌই ইমুংদা চঙলকপদি ?

কুমার—খুড়া ! ঐ য়ৌরকপদা ঙায়জরি।

ভালোক—ঐ লরিঙৈদা ইচাগী করি রাৎকনি, উম্ অদুবু করে ইমুংদা চঙলসি (শমদুনা পুগদবগী থৌরাং)।

থম্বাল—(নুংশা থীজদুনা) খুড়া ! করিস্নু তৌররোইকো ?

ভালোক—হায়-মসি ইচানিনেহৈ। মাগী করিস্নু রাৎপা নত্তেনে। খুড়ানা লেম্না তোক্কদবা নত্তে। মতম চাবদা ইপানা লমন খুমগদবনি। ঙসি ইচা লৈরমহ্নুনা ইচাগী থরায় কল্লে। করে, নঙস্নু লৈহৌরো। খুড়াখোয় চৎলগে, (কুমারদা) চৎলু ইবুংঙো, খুড়া শমগে।

কুমার—য়াগনিদা খুড়া, (চঙখি)

থম্বাল—(চঙখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই)।

—লাইট অফ—

# অহানবা শরুক

## (২বা থংপা)

# য়ুম

[ইনাক খুনবা তোল্লমুগী য়ুমনি। য়ুম অসি দলানমক ওইদ্রবস্থু ইনাক-কৈরাক খুনবগী হৌনবা তরু-তরু, নাম্না লৈরং তাদ্রুনা শাবা য়ুমজাওনি। লৈ-শু থাবা, লাই কয়া থেংপা অদুনা মওং অমা ওইনা কজহল্লি]।

(মী লাকপগী পোখাকম ওইনা কা অমগী মওংনি। মেজ অমা চৌকী ১/২ স্থু লৈবা উই। মেজ মথক অদুদা চুরুট কম্বোক্লবা এস-ট্রেনচিংবদি লৈবা উদে। য়ুম অসিগী মীনাই ওইরিবা বোড়া য়ুম অসিগী মুপা মুপী শক্লা লৈরবনি। মহাক অসি মনা থরা তাথী। চৌকি, টেবল অদু কম্বোক কনশিন তৌরি। মতম অসিদা খুল অদুগী নিপা অমা বার্তাণ তৌবা চঙলকই।)

নিপা—ও! খুড়া রা অমতা হংজগে।

বোড়া—(শেরাম্নমা তাদ্রুনা) করিনো ইবুংঙো নঙনা মিং পন্দুনা হেক্তা কৌরিসিবু হা? নঙবু ইথাগী অঙাংনিনে। মচোং পাক নাইদবা হৌজিক কালগী নহারোল অসিমা।

নিপা—এঃ এঃ করিনো তৌরিসিবু। নত্তে খুড়াগী মিংস্থ খঙদনা ঐনা কমদৌনা কৌগদৌরিবনো?

বোড়া—কৈদৌবা ইবুংঙো?

নিপা—(লাউনা) খুড়া হায়না কৌবনে।

বোড়া—হা ইহে, হে— খুড়াদি না খরা তাথীবা অসিদা খুড়া হায়বদুদা বোড়া হায়বগুম ভারুরে। করে করে, আঃ করি হায়বা।

নিপা— ঐখোয়গী তাইবুংঙো তোল্লমুগী য়ুম অসি ওইরবরা ?

বোড়া - ইহে ঐদি তোল্লমু কৌদে হায়বা, বোড়া বোড়া হায়বা খঙলত্রা ?

নিপা— থীদা, ও তোল্লমুগী য়ুমবু হংবা ?

বোড়া—ও........ অসিদনি সিদনি সিদনি।

নিপা - বার্তাণ অমা পীরকই। সি অমুক্তা।

বোড়া—করিগী চেনো অসিদি ? (লৌবা)

নিপা— হন্দক স্কুল অনৌবা অমা লিংখৎপদু হোঙবগী বার্তাণনি।

বোড়া - হা কুল্লা লুহোংবগী বার্তাণ, ইস্ ইবো করেদ। কুইরবনিংনেহৈ ইবো মদু পাখঙ ওইরিবা।

নিপা— ওস্তোকপা অহল হায়বদু ওইরে।

বোড়া—ইবুংঙো কৈদৌউ ভারবা ?

নিপা— ইসে, হয়েংনিনে খুড়া।

বোড়া - হংচিৎ ? রাৎলিদনা আঃ করে করে নঙগী তাইবুংঙো লাক্লগা তম্লগে। অদুগা কয়ুমনোনে ইবো মানা হোঙগদৌরিববু।

নিপা - থীদা, ও স্কুল ময়ুম। তস্ করৈনি। নাতে চাদবা হায়ববু (চৎখিবা)।

বোড়া—হা কোন্থোজম ? কমনথ্রবা পোৎনিদা ময়াইবক্তুম ফে হায়। চৎলো চৎলো। করিনো ইমুং অসিগী বার্তাণ অদি মীনা পু-থাংবা ওমপোৎ নত্তে। আঃ লুহোংবগী,

হা শোয়াংকী, হা গৌরলিলাগী, হা বাঙ্গোকী, হা অদুগী নাতৈ চাদবা হায়বয়ু (চে অদু মকোক্তা স্নেংপা ফিদা থেংচল্লি)। (মতম অসিদা তোল্লমু চঙলকই)

তোল্লমু—(বে ভা চঙবা হৌবা) ভাদা বোড়া অমুক্তা লাকখো।

বোড়া- (মবোক্তগী ফি অদু লৌথোকপদা চে অদু তাখিবা অদু খঙদবা) কমদৌবা!

তোল্লমু- ঙসি য়ারী খর শাখিসি ঙাইখো।

বোডা— লুহোংবদি ঙসি নত্তে, হংচিংনি।

তোল্লমু- করিনোনে হা- য়া খর ঙাঙনসি হায়রগা লুহোংবা ঙসি নত্তে হংচিংনি হায়রিবদুবু কনাগী লুহোংবনো?

বোড়া- আঃ করি ঙাসাইগী বার্ত্তনদুবু (মকোক্তা মাবা থিবা কংদবা) ইহে কদাইদা থম্মমএ? ইস মাংথ্রেদনা। ইবুংঙো করি। কুল্লা,— কুল্লা লুহোংবগিনি। হংচিংনেয়ে। আঃ কোম্থৌজম নিঙোলনি হায় বার্ত্তণ য়ৌয়ম্লবনি।

তোল্লমু— কনাগী বুফনোনে? বার্ত্তনসু লৈত্রবা, করে করে, কোন্না হংবা হায়বদুনি। আঃ য়া অমা হায়গে ভাও।

বোডা- ভাবপিয়ু।

তোল্লমু- ঐগী ইচা অসিনা পাম্মী, লৌরসু হায়বা য়াত্রবনিনা সুপী অসি লৌবদা তারেদনা।

বোড়া—আঃ থম্মালবু?

তোল্লমু—হোয়নে মহাকপুনে। ঐসু য়াম্না খল্লবা পোংনি। অদুদা ইচা মথন্তা পোকচবনিনা মনীং থুংহনদবদি য়াদেদো।

বোড়া—মনীং থংবদা লৈরিবা মুপী অদুদি পামজদেদা মহু।

তোল্লমু—ইহে মনীং থংবা হায়বা নত্তেনে। মাগী মনীং থূংহনদবা য়াদে হায়বনিনে।

বোড়া—ইহে .... ... হোয় হোয় চুমই। মথন্তা পোকচবনিনা মনীং থুংহনদবদি য়াদে।

তোল্লমু—ঐনা মপা মমাগা ঙাংনদুনা লোইরবনি। লুপা চংগে মখৈ চংজসমু ঐ লৈরি, হা—করি হায়বগে?

বোড়া—য়াম্না লুবা অমনা মখোয়গী মনাক অদুদা লৈবা করি কুমার হায়ব্রা হন্দক্তা নৌনা লাকপা লাইর-চুদৎনবদু মহুগবু মত্তা অমা তৌনরিদা।

তোল্লমু—ইহে—বোড়া নঙসে ওস্থোক্লা পঙগ্রেদকো, তৌজসনুহে। মমা মপা অনিনা য়ারিদনা। লুপানা লৈগদৌরিবনিনে। ইসে হৌজিকসিদিনে ইবো পৈশা পায়রবদি লোইনা থুত্তা লাকদবনিনে পঙগ্রেদকো।

বোড়া হন্দক্কীসিদি লৈবদা তারেদনা। এঃ ইবুংঙোদু লেংঙক্লে।

(রাজো লাকপা উবা)

(রাজোনা চংলকপদা চিঠি অছু উবা থুন্দুনা)

রাজো—করিগী চেনো অসিদি থুড়া।

বোড়ো—ঐনা মাংখ্রে হায়দুনা তৌরগা অদুদা লৈরব্রা? কদায় কদায় লুহোংবগী বার্ত্তননি। পাবুংদা পীয়ু।

(রাজোনা মপাদা পীবা মপানা য়েংবা)

তোল্লমু—(শাওরপনা) বোড়া।

বোড়া—শোয়প্ৰৱা লুহোংবা ?
তোল্লমু—নঙগী লুহোংবগী বার্ত্তনবু অসিরো ?
বোড়া—মানিনে (চংদুনা য়েংবা) মানি, মানি, সিনি তাহৌ-
বনিদ্দনা।
তোল্লমু—অসিবু লুহোংবগী বার্ত্তনলো, হা বুহসিদি ?
বোড়া—লুহোংবগীনিনে ইবুংঙো।
রাজো—করিগী বার্ত্তননোনে পাবুং ?
তোল্লমু—হেরা হন্দক ময়াম্না স্কুল অমা নৌনা লিংখৎপা অদু
হয়েং হোংগনি অদুগী বার্ত্তননি।
বোড়া—স্কুলগী ওইরে।
রাজো—পাবুং হন্দক মখোয়না তৌবা অসি ওস্থোক্লা পাম্নখিদ্রেদা
পাবুংবু চৎকদোরিব্রো ?
তোল্লমু—ঐস্থ খল্লিবনি। হন্দক মখোয়না তৌবা অসি ইপাস্থ
সুংঙাইত্রিবনি। অঙাং মশেন সুংঙাইনদ্রগা মাগী ভালোক
হায়বদুনা ঐবুস্থ মোলোমগকা থম্বা শারী। মতম চাবা
অমদা লমন খুমগে হায়দুনা ঙাইরিবনি। মখোয়না
মথক খর কারগা, অচৌ-অশাং খর খঙনরগা মী ওইন
উদ্রে। খুল অসিগী মী অমতা মখোয়গা চংনহন্দবা
ঙম্মী হায়বসি মখোয় খঙদ্রে।
রাজো—পাবুং অমুকস্থ য়েংউদো মনীংগী পাৎ ওইনা লৈবা
কোল্লু লৌকোল, মায়া অদু মখোয়না শেমদুনা লৌ
উনবা থৌরাং তৌরি। মখোয়গী লৈকাই অদুনা স্কুল

অমসু লিংখগ্রলে। অদুদা নত্তনা লৈরক খূলক পূম্বা লম্বী অদু ময়াম চংজুনা শেম্মী মখোয়সি পঙখ্রবা জাৎনি। গোভর্ণমেণ্টনা মরাইনা শেমজগদবদুবু।

তোল্লমু—উম! ঐ লোইনা খঙই। মখোয়না খুল অসিগী লৌ লৈত্তবা লাইরবা চুদংনরবা অয়াম্বা মখোয়দা চঙখ্রে। হয়েংদা ঙায়রে, খোঙ পায়দুনা চানীংঙাই লৈত্রে হায়দুনা নিরগদবা। য়েংউ, হন্দক্তি কনা অমত্তদা চেং মরূ অমা ফাওবা পীরোই— ফমদোগে য়েংসি; তোল্লমু ঐগী ইগুণ খঙদবা শারি।

রাজো—অদুগা পাবুং ঐনা খ্বাইদগী শাওনীংবা অমনা লাইর চুদংনবা কুমার হায়বদুনা স্কুল অদুগী ওঝাকা ওইরদুনা আদগী লাক্লগা সিদা বাবু শারি।

তোল্লমু—খঙএ ইপা লোইনা খঙএ, চঙলো চঙলো চাক চাথোক-লুরো ইপানা মনুংদা লোইনা ফনবা তৌগনি।

রাজো—(বোড়াদা) খুড়া করি ইনশাংনো?

বোড়া—ইবুংঙো খুড়াবু অমুক ইল্লু হায়রিব্রো?

রাজো—চ-র-দা বরি ইনশাংনো হায়রগা।

বোড়া - ইহে, আ ইবুংঙো! ঙাক্রাগা শোইবুমগা থোংবনি হেক চারুরো। (রাজো চঙখি)

তোল্লমু—তারেদনা খুল অসিদা লৈরিবা মী পুন্নমক শেল চাইথোক্লগা মচিন চুমহনগে।

বোড়া—(শেরাম্মনা তাদুনা) চেনববু য়ারবদি মচিনদি হংগে মখৈ

হংজসনুদা মচিন চুম্না মর.ইনা খুমজগনি।

তোল্লমু—খিদা মসিদি ; মনা পঙবা মীগা রা ঙাংনবা মেল
লারোইদৌরি। করে কোন্না খল্লরবা হায়বগনি।
য়েংঙোই রাজোদ্রু চাক চারগা অমুক চৎথোকখ্রনু
হায়য়ুকো ঐ থবক অমত্তা চৎলুখিগে তারস্রা।

বোড়া—তাজরে— তাজরে— ( তোল্লমু চৎখি )

বোড়া--ঐনা না খরা তাথিবগা মপা মচানগা থকপনে চপ
হেক মাম্নেদা সত্য। ইহে— (মসুংদগী রাজোগী মরুপ
নব য়ু থীনা ঙাওদুনা চঙলকই বোড়ানা থোকপগা
নবনা চঙলকপগা খেংজিন্নরে)

নব— হায়স্ ; হে অঙাং নমিৎ অদু উস্রা।

বোড়া—এ! করি? ( য়েংবা )

নব— (মমিৎ উইরুম উইরুম তৌদুনা য়েংখৎলকপদা বোড়াবু
উবা ) এ! খুড়া নঙ ওইরে।

বোড়া—(য়ুনম নম্বা) উং মনমসিদি (মনাতোন মেন্দুনা লৈথোকপা)

নব— খুড়া মমম্না নঙোন্দা চিকপ্র ? হা....মসিদি, রা হংগে
তাওনে। তাইবুংঙো লৈত্রা ? ( মনাকোংদা )

বোড়া—লৈতে (মমায় লৈথোকপা) মমায় কম্না থকখ্রবা অঙাংনো

নব— (তাদুনা) হৈ খুড়া নঙ ঙসি থাঙ চাগেরা হা?

বোড়া—হৈ বুদু (শেন্নাম্নমা তাদুনা) ঙসিবু থাংজরা হায়নে।
বুদুসিদি য়ু খর থরুগা ঙসিবু থাংজরগাইনা।

নব— খুড়া! (শাউনা) ননাদু ছুস্রো হা ননাদুবু ছুস্রব্রা হায়বা?

ষোড়া– করি, ঐবু হূরানবা। ঐনা করি হূরাল্লি ইস্ নঙ ঙসি চৈ চাবা ভারেদো।

নব— ইসে ঐনগা যু ঙাওবনে, খুড়া নঙনগা ঙাওবনে পুঙাও হেক ঙাওম্নিরে। খুড়া! রা হায়গে মুন্না তাওনে। ঐ যু খর থকলে। নঙ ননাহু খর তাও খঙলব্রা?

ষোড়া– করি— ইমাই ম ই ঐবু যু থক্রে হায়বা হা? ঐনা যু থকপা কদায়দা উই। হায়যু হায়যু নক্রবদি নঙ ঙসি খুদোং চারোয় ( মফি শেন্বা )।

নব— খুডা, যুনা ঐনা থক্রে, ঙাওবনা খুড়ানা ঙাওরে ঙসিদি খুডা নঙ ফবা তারে।

ষোড়া—হা, ভাব তারে— লো, অহুম্না হেক হায়যুদনা খুড়ানা করিগী ফরুনি। হা– খুডাবু ঙাওরবোই নীংব্রো? খুডা ভাব চান্না তারিপোৎনি। ভাব তারিপোৎনি।

নব— এ, ভাব তাবিরেদা! নঙ ঙসি য়ৈদ্রিবমথৈ ঐ মুংঙাইবা পলবোই (মতমসিদা রাজো থোরকই)।

রাজো—হলো! ডিয়ার নব বাবু।

নব— হলো! রাজো বাবু (খূৎ শোরুবা)

রাজো– ভায় করিনো য়াম্না শাঙনবগুম তৌখিবহুবু?

নব— এস্ রাজোবাবু, ঐ ঙসিদি ফুল পরারদা লাক্লবনি। অদুদা য়েংউ, নখোয়গী খুড়া চাওখগুবা অসিনা ঐবু করি করিনো পঙহায়দা হায়রিরানি অদুদা খিনদ্রকে তৌনিঙ্গা।

রাজো—ও ভায়, অহন্নি খর হায়জবা হায়ড়নি শাউবিরুম্ু—
(বোড়াদা) খুড়া! করি হায়রুরবগেনে?

বোড়া—কমদোবা ইবুংঙো।

রাজো—করি করি হায়রুরবগে ঐখোয়' ভায়না অম্বক য়াম্না
শাউরিবা অসিবু।

বোড়া—শাউদদি, মানা য়ু থরুগা ঐবু য়ু থক্লেগা হায়ড়না
ওইদবা ঙাক্তা পঙহায়দা হেক্তা হায়রে। অদুদা খুড়ানা
শাউড়না.... ... .... ।

নব— খুড়া— ইয়ু নন্সেন্স (শাটুবা)।

বোড়া—তো-তো য়ু থকই হায়রিবসি——মসি— (ফূগে তৌবা
নব থাঙ শংপা, রাজোনা খাম্বা)।

রাজো—এঃ এঃ খুড়া তোকও তোকও, ইমুঙদা চঙঙো থবক
ইনখাং তৌগদবা তৌরুরো (বোড়া শাউনা চঙখি)।

রাজো—ডিয়ার শাউবীগম্ু, না খর তাথীবা অদুদা তৌরিবনি।
অদু করি করি কমদোবা?

নব— ভায়! হায়রো ডিয়ারনা পাম্বা। করি নীংবা থুংলবা
লৈবগে? ঐ লৈরি, নত্তে ভ'য় কনা হাৎলুগে?

রাজো—ডিয়ার মী তানি, তপ্না ঙাঙনসি।

নব— ডিয়ার! মী তাগে তাসম্ু, নবগী হকচাংদি য়োৎনা
শাবনি। নথিং—।

রাজো—এস্ তশেংবনি, ঐনা পাম্বা হায়বা তারবদি ডিয়ারম্ু
থঙবীরিনি— থম্বালগী মরমদা... .... .... ।

নব— থম্বাল ! এস, ভাব ভাজরে— অচু হৌজিকমক হেক্তা ফারুসি হায়বো ?

রাজো—না - নো-- হৌজিকমক্তি মদু ভৌখিনুসি ; ঐখোয় কাদরুনা কন্না হোংনরি ।

নব— অদুদি করি মথা পাম্বা ?

রাজো—ডিয়ার. পার্টি অমা চাউনা তৌরগা ঐনা সুংঙাইজবা মীসি হেক্তা .... ... ।

নব— লোইথোকপা—এস্ (নোকমীন্নবা) গুড আইডিয়া মচুদি নবনা য়াম্না হৈনৈ হায়রিবা । কনানো হায়রো ঐ রেডিদা লৈজরে ।

রাজো—অতৈ নত্তেনে ভায়, কুমার, কুমার খঙবিরিনিদা । ঐগী কাদা য়েংপা মহাক্তি ।

নব— ও ! আই সি । অদুবু মহাক্তি য়াম্না ফবা মী অমা ওইনা উইদা । রেল, ওইসনু মরুপকীনি ; নেভর মাইণ্ড ।

রাজো—ডিয়ার ! ঙশেংনা হায়রবদা মহাক অসিবু হিংনা সুম লৈবা তারবদি রাজোনি শিবনা কৈদা ।

নব— ডিয়ার ! নঙসি ওস্থোক্লা পঙব্রেদা । থুল অসিগী মী লোইনা মাগী মীচঙদা লেপ্খিসনু মখোয়বু লোইশিনবা ঙম্বা ডিয়ারগা ঐগা লৈরিবসিনি । হঙ্বীগনু মাইণ্ডু ।

রাজো—এস্ রাইট হেণ্ড.সক (খুৎশোক্লবা) ডিয়ারনা তৌবিগদবা হায়রববু মাগী অকায়বা য়েংবিবা । তাঞ্জা হেক ফংবদা থক্.... .... । (ঈঙ্গিৎ তৌবা) ।

নব— এস. রেডিনি। করিমতা চিংনবীগনু। রেল ডিয়ার, মুংঙাইরবা মুমিৎ অসিদা হলোগীনু (য়ু লিক্লি লৌ-থোক্লগা) মুংঙাইমিন্নবা হাঃদুনা .... .... ।

রাজো— ও! ভেরী .ভরী থেঙ্কস লৌবা) তাপ্পাদো (নোকমিন্নবা থকপা) উম, ভায় মসি কদোমগীনো ?

নব— হেরা, মখারোমগী অরোনবীদো।

রাজো—ও হোয়নে ঈশিং য়ু মু। য়ানশিনলমাগ্রে। য়াম্না খাগ্রে।

নব— লুপানা য়াম্না লৌহৌরিবা (রাজোদগী লৌরগা চুপ্পা) ফূর্ত্তি ওইরে ডিয়ার অদুদি লেংথোকঅসি।

রাজো—Thank you— লেঙলসি।

(মখোয় অনি হাইরং হাইরং ঈশৈ ও দুনা থোকখিবা)।

—লাইট ওফ—

---

## অহানবা শরূক
### (ওবা উংপা)

## স্কুল লম্পাক

[ কুমার চৌকি অমদা ফমদুনা চে ইথোক ইশিন ভৌরি। ভালোক চঙলকই। উপান্দী অমদা উবাক অমনা ব্লেক বোর্ডকী মঙংদা ভারি।]

ভালোক—ইবুংঙো কুমার! খুল অসিগী অহল-লমন লোইনা বার্তন ভৌগ্রেকো।

কুমার খুড়ানা ভাকপিবা অয়াম্বা অমম্বা চিখদনা তৌজখ্রে।

ভালোক– য়াম্বা ফরে। অদুনদি হয়েংগী ভৌগদবা খৌরাং করি করিনো শেমদোক শাদোকপা লোইখোকও। ময়াম লাকপদা খঙহন্নবা ভৌরো।

কুমার– থবক অতৈদি লোইজরে। ময়াম লাক্কবদা ঙায়রে।

ভা লাক—ফরে ফরে, অদুদি খুডা থবক অমত্তা চখোকউখিগে। অহলশিংস্থ লাক্লগনি

কুমার– ফনি। (ভালোক চংথি, ঙাহাক লৈরগা অহল খর লাইরিক শিলেট শেগাদা য়েপ্লগা লাইরিক অম্বা চঙলকই। অহলশিংগী মরক্তা ইবাইহল, চাও'পা-নচিংবা য়াওরি)।

ময়াম—(কুমারবু উবদা খুরুমই) ওঝাবু ওঝাবু!

কুমার—এঃ এঃ করিনো খুড়া। দোষ ওইগদবা থবক্তা।

ময়াম– এঃ করিগী ইবুংঙো দোষ লৈগদগে? অঙাং খঙদে, অহল খঙদে, তাংপি তিকপি তৌরিবদু ওঝানি, গুরুনি। দোষ লৈতে ইবাইহল অমুকস্থ খুরুমসিদে, মরাহৈসি নুংশিদ্রো?

ইবাইহল—য়াই, ওঝাবু অমুকস্থ জয় জয় (খুরুম্বা)।

কুমার—এঃ করিনো তৌরিসিবু ওকএ ওকএ ফিদারোমদা লেঙশিল্লো।

১বা– কমনি কমনি ওঝাবু, ওঝা ঐখোয়দি জাৎ অমনি। ওঝা ওইদ্রিঙৈদদি কৈদো, ওঝা ওইরবনিনা বেড়া লৈত্রে। হা করি হায়বগে ইবাইহল।

ইবাইহল—চুমই চুমই, অমুকস্তু খুত্মনীংঙেদো। লাইরিক খর থুনা হৈনবা।

কুমার—ফরে ফরে খুড়া। আঃ কৈডিদি করি তৌরে, খুড়া ? ঙল্লিবনরা ?

ইবাইহল—এঃ ইবুংঙো ইহে ওঝা বু, মখোযদু থরায়না য়াওরিবা য়ৌরক্লিনে।

কুমার—ঙল্লিবননি য়ৌরক্ল নিদা।

ইবাইবল—য়েউ ওঝা, লাইরিক তম্ববু থবক লোইরগ তম্বা য়ালো ? হা শজিক ফাল্লমখিনি, হা লৌরি শারুখিনি। হা নংপী ফোইরমখিনি অসিনি। মসিবু থবক লাইরগা তম্বা লাকপা য়ংবো ?

কুমার—খুড়া লোইনা য়াই, মহুদা য়াদবা করিস্তু লৈতে। অদুদা ঐখে য়না তমসি হায়না ঙাঙনরিবা মতম অসিদা নংনবা লাকপা কৈ। মতম অসি য়ৌদ্রিংঙদা থবক ইনথাং য়ুমগী তৌবা য়াবা পূম্নমক লোইথোক্লমগদবনি। মসিস্তু তৌদবা য়াদবা অমনিদো। খুড়াখেংয়না খঙবিরিদুনি। হৌজিক্তি ইশা ইশানা নোংয়গা, শূজরগা ইশাবু থাকচবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা ইথোনিদো। মরু ওইনা অহল নহা থাক্তনা মিংদা ওইরবস্তু সহি তৌবা ঙম্নবা খঙজিনবা অসিনি।

অহল ১বা—মানি ওঝা, মিংদা ওইরবস্তু খঙনবা হোৎনহৌবা অসি ঐখাইগী অক্ববনি।

কুমার—অমনা, খুড়াখোয়না ঐঙোন্দা ওঝা ওঝা কৌবসি যারবদি হায়বিগনুবা। নোং' নিনি অঙক তাম্নবা হাঃবঙনিদো। হায়া খুড়াখোয়না ইবুংঙো কৌবিবা অংগ্না অদুম কৌবিয়ু, মসিদনি ঐনা পামজব।

ইবাইহল—এঃ করি তৌবগে, ওাদি ওঝা। ছাত্রদি ছাত্রা। হোয় হোয়, ওঝানা কয়া হৈনদ্রগা অমুক ইবুংঙো কৌবা তারেদনা।

কুমার মদুদি খুড়া ঐনা পামজবা—ফরে ফরে। পারা হৌনবা তৌরসি। লাক্লব ৬তৈত্ত অমুক ল'ক্লগা কোম্না তৌবা হায়বা অদুনি। (অতৈনা পারা ফাক্তোকপা লাইরিক ওৈরাইবা হোরে) তারাংগী পারা অদু ফাবিরগদ্রা?

ইবাইহল—তারাংগী পারাদি অ, আ ফাকপা) অ আ পাজরক্কে ইবুংঙো অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৯ এ ঐ ও ঔ অং অঃ ফারেকো ইবুংঙো।

কুমার—য়াম্না ফজনা ফারে। অদু অতৈ খুড়াখোয়দি ফাবীরগদ্রা?

অহল ১বা—ইবুংঙো ফারে। ইবদবু কয়া ফজদ্রি। পারবখোরা?

কুমার—ফারবদি পাদ্রবসু য়ারেদা। ফরে অদুদি মথা অমুক চৎথনবা তৌরসি। ময়াম্না ইবদা মুংতাইতে হায়বদু অমুক ইত্তুনা য়েংসি।

ময়াম—ইবুংঙো, ইগে ইগে—(ময়াম ইবাও লাওদুনা ইবা হোই)।

কুমার—অদুদি ইরিবা অদু অমুক য়েংলসি।

ময়াম—ঐগী সে— (কুমারনা লৌদুনা ফজদবা ময়ামশিং অদু

অসুম্না ইয়ু হায়না তাকপী তীকপিরি, অসুম্না তৌরিবৈদা রাজো নব চঙলকই, মখোয়না তৌরিবা অদু য়েংদুনা নোক্করি রাজো চৈ অমা পায়রী ।

কুমার—(রাজোখোয় উদুনা) মরুপশিং লেঙবীরকই।

নব— লাকচরি (থৌশাদনা খুম্ব')।

ময়াম- ইবু'ঙো মসি য়ারনিকো (য়েংহলবা')।

কুমার—য়ারনি খুড়া য়াম্না ফজরে। অৎগা ঐনা কাউবা অমা লৈরে। ঙারাংসু হায়হৌদ্রে নী'শিংলিবৈদা হেক্তা হায়জরগে ।

ইবাইহল—কমদৌবা ইবু'ঙো ?

কুমার—অতৈ নত্তে মনীংগী শল্লম থোনবা লোইদবা মতেক অদু কদোবৈঙনো লোইথোক্লবা অমুক্তা খন্নসি।

অহল ১বা—কৈদৌবৈঙনো ইবুংঙোনা লোইথোকসি হায়বা নুমিত্তা হেক্তা লোইথোকসি।

রাজো—(ঈঙ্গিৎ তৌনরগা) আঃ খুড়া ঐখোয়গী খোংবাল অদু য়াম্না ফত্রে। লুপা কয়ানো লৌবীগদবা। হয়েং খর শেংদোকপিরো। ভায়কো।

নব— মানি ভায়— লুপা থোক থোক পীথোক্লগা লোইরে।

ইবাইহল—এঃ ইবু'ঙো রাজো! খোল অসি ওম্থোক্লা রাউখ্রেদা।

রাজো—No, No, খুড়া ফাগী নচ্চদে অশেংবনি। অরামল মাঙহনজরোই হ'ম্না লুপা পীজগনি।

ইবাইহল—ইবুংঙো খুড়াখোয়সি পৈশারালি শূবা মী নত্তে।

ইশা ইশাগী নৈরক, লম্বী থোং কত্তবা খুদোংচাদবা কয়া য়েংদুনা অমগা অমগা ভেংবাংনদুনা শূবা থবক্রি, পৈশাগী নত্তে।

রাজো—অদুদি লায়থ্রবা পোৎনিনা। খুড়াখোয়না য়াম্না হেন্না পঙবিথ্রে। নত্তে করি হায়বগে ভায়।

নব— Yes right, হায়বদি কা-হেন্না পঙথ্রবী।

রাজো—Yes, হায়বদি— মসিদি সরকারনা শোয়দনা মশানা শেমজগদবনি! মসিদা ময়াম্না থরায় য়াওবগী দরকার নৈতে। মসিদি ভশেংনা অপঙবা খুড়াখোয় ফাদুনা শীজিন্নবনিদা। নত্রনে (নবদা)।

নব— Yes—(খূং শোক্লবা)।

কুমার—ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে। হন্দক ঐখোয়না খুল অসিগী কত্তবা লম্বী থোংনচিংবা অসি মরুওইনা ঐনা অহলশিংদা হায়জদুনা তৌবনি। হোয়, চুমই সরকারনা শেমজগনি। অদুবু ঐখোয়সু ঐখোয়না ঙম্বা থবক্তি য়ারিবমথৈ অঙম্বা মথৈ লোইখোক্লবা হোৎনবা অদুগা সরকারনসু শোয়দনা মতেং পীরক্কনি। ঐখোয়গী থবক মচা অসিগীদমক্তা সরকারবু ঙাইদুনা নৈবা ভারবদি কয়াদা খুদোং চাত্রিবা? হৌজিক হৌজিক চৎলা তান-জরিবা ঐখোয়, লম্বী, থোং খুদোং চাত্রবদি কয়া রাগনি; অয়াম্বসু নত্তে। ময়াম হৌরগা নোংমদা লোইবা ঙম্বা থবক্রি। ঐনসু অহলশিংগী মত অমতং লৌরগা

সরকারদা চে থাগে হায়না খনজরি ! অদুগা খুদোং চানবা হায়দুনা Govt. না এৌখোয়গী ইনাক্তা Block সু থম্বীরে, মত্তেংসু শোয়দনা ফংগনি খল্লি।

রাজো—ও—I see, থবক্তি ফনা ফজবি। তাবদি ফনা মুং-ঙাইরি। রারিকা লীহল্লবদি ফাওনিকো, সত্য ভায়।

নব— Yes, ভায়, থবক ওন্নরবনিনে ওন্নরবা।

(মতম অসিদা ইবাইহলবু মাগী মুপীনা থিবা লাকই। অঙাং অমসু য়াওরকই। অমসু পোরকই, মনুংদগী লাউরকই)।

মুপী— (মনুংদগী) ও ! ইবুংঙো কনা কনানো ?

রাজো – ও.... এৌখোয়নি ইন্দোল।

মুপী— ও.... ইবুংঙো রাজো ! নঙগী খুড়া য়াওরিব্রা ?

রাজো—হোয়, ইন্দোল য়াওরি। অসিদা অঙাং মচা শারি।

মুপী— হা। করি – অঙাং শারিবা ?

রাজো—হোয় হোয়, ও লাইরিক তম্লিবনি।

মুপী— এঃ মখ্বাং কোল্লবা, মচামক্তনা ময়ুম পাল্লবা মতম অসিদা হৌজিকপু লাইরিক তম্লিবকো !

রাজো—করি তৌনি ইন্দোল—খোঙগ্রাও অককপগাসু শেৎক-দৌরিবনিদ', ছাত্র ওইরবনিনা।

মুপী— এঃ ইমাই—মাই, মচানা হিকৃমুক য়াল্লবা, ময়াম অসিনা কনানা য়োকদৌরিবা ! কান্নদে ইবুংঙো, রাজো ! থুনা লাও হায়য়ু, অঙাং হোৎনবা - ঙমদ্রে।

ইবাইহল—হায় করিনো ? চবেং চবেং ঙাঙলিবত্রুবু হা, য়ুমদা চৎখ্রো চৎলু— ।

নুপী— ঐনা ঙসাইমখৈ ঙাঙলিবসি মাই-পাবুং তাবীরিবা জাৎনিদনা। ফরে ফরে, চৎচরগে, অদু ঐদি অঙাং ময়াম অসি হোৎনবা য়ারোইদৌরে, অঙাং অগসিতদি লৌবিহৌরো ?

ইবাইহল—হায়— মতোয়নরা নঙ! ঐ লৌবা য়াদেনে। লাইরিক তমইনে।

নুপী— মাই-পাবুংনা লাইরিক তমদুনা অঙাং শাহুনা লৈরে। ঐনা হন্দুবী শাহুনা অঙাং বোকথোংসিমগা লৈবা তারবা ? এঃ লাইরিক্তু কোন্না তমও, থবক ইনথাং থরসি অমুক্তা লোইথোকখিসে। অঙংশিং অসি থর লৌবিরখো।

ইবাইহল হে·· ···· নঙ ঙসি অওইবরা, চৎলু হায়রবদি হেক চৎখ্রোদনা। ময়াম মমাঙদা তান্ন-তান্ন ফুরক্কনি।

নুপী— হে য় হোয়, ফুবীয়ু ! মাই-পাবুংনা ফুন্না কন'না ফুগনি। হায়বীদে হায়নি, হনজল্লকপদা চরা হেন্নিকো (চৎখিব)।

ইবাইহল চাক্কা চায়োই, চৎখ্রো চৎলো (শাউনা)।

অহল—ইবাইহল। ঙসি চারা হেন্নিকো।

ইবাইহল—থঙদেদা ইবো! নুপীসি ফুবা য়াদ্রিনে। করিনা চানীংঙাইদি লৈত্রিদো। অঙাংদি তরামাথোই শুরে। মথন্তা থবক শূবদা কনাগী কেবা মৌবা-অমত্তা ঙমদ্রবনে।

য়েংউ থবক অমা তৌরিঙৈদা অঙাং অমা হেক চঙলকই — অমনা চাক লামলে, অমনা পৈশা পীযু, অমনা পোবীয়ু, মসিদা কায়ফম খঙত্রবনে। মাগী মতৌসিগা হায়রবদি তপতাবামথৈ ফূবা য়ারবনি অদুদা থোক চৎথোকথ্রবদি ইচা ময়াম অসিবু ঐনা য়োকপা তারবদি .... ইস্...
খনবদা লুইদা চাও-পা!

চাওপা—ইবাইগী অঙাংসিসু থরদি য়াম্মনখ্রেদা মরি'মা মঙা'মা ওইরবসু ফগদবা, কদাইদগী অঙাং তরামাথোইবু কমানা।

কুমার—খুড়া! পোকথ্রবা অঙাং অদুগীদমক্তদি ক্বরে। মতুংদা পোক্তনবা অমুক হোৎনসি।

ইবাইহল—ইবু ঙো খুড়াদি শিনীংলবপোৎনি—শিনীংলবা।

কুমার—খুড়া! করি অমতা য়াবীগনু। অঙাং হেন্না পোকপা থিংনবা হৌজিক ভারত সরকারনা য়াম্না কন্না হোৎনরি। মতুং 'সিদদি অঙাং হেনগৎতনবা উপায় লৈরনি।

ইবাইহল—অঙাং পোক্তনবসিবু হাৎতোকদৌরিব্রা? অদু ওইরবদি পোকচখিগেদা ইবুংঙো।

কুমার—নত্তে-নত্তে খুড়া! অঙাং কেনগৎতনবা হায়বদি অঙাং অনি নত্রগা অহুমদং পোক্লগা তোকপা য়ারবা।

ইবাইহল—এঃ অঙাং ২/৩ দং পোক্লগা তোকপা য়ারবা ....।
ইবুংঙো মদু করি মন্ত্রনোনে?

কুমার—খুড়া! মন্ত্র নত্তে লায়থ্রবা পোৎনি। হৌজিক ভারত সরকারনা লৈরক খুল্লক্তা লয়াই-ইস্ফাপদা কন্না লাউরিবা

চে থেৎলিবা অদুনি। থবক অদু ময়াম্না কেমেশি প্লানিং হায়নবা অদুনি। মসিদি খুড়া, ডাক্তরগা তামরগা লোইনা কোকপা ওল্লগনি।

ইবাইহল—ইস্—অঙাং পোক্তিৈঙদা থেংনরল্লবদি ফখ্রনিদা খিত্তং শোয়খিদ্দা।

চাওপা—হোয়নে ইবুংঙো, মদু ঐদি পামবু পামইনে। ঐগী ইচানিপা অহল অদু হৌজিক চহিদি কুন্থ্রা শুগ্রি, মচাদি মরি শুরকদোরে। করিনো ইবুংঙো ওন্থোক্লা ফগ্রবা শনবী হায়বত্থ ওইরে। কুম কাংবা লৈতে। পঙপোক্লা পোকই পোকখিদৌরি।

কুমার—খুড়া মদুস্থ ডাক্তরগা তাঙ্গদুনা ফনবা হোৎনবীহৌবা কৈ। করিনা, হয়েং ইচাশিং অদুগী নীংবা থুংনবা হোৎনবসি থর রানা থোকই। মীশীংনা নোংমা নোংমগী হেন-গৎলকইদো, চানবনা নোংমা নোংমগী রাৎলকইদো। অঙাং মশীং য়াম্লগা য়াম্না রানা পুন্সি লেনগদবগী মহুত্তা মুংঙাইনা লেনবনা ফগদবোই খল্লি।

চাওপা—হোয় ইবুংঙো, হোরেলদি ইচা অহলগা রারি শারগা হয়েংমক ভোহোদবা য়াদে, নত্রবদি অঙাং মশীং অমুক হেনগৎলক্লবদি— করি হায়বগে-ইবাইহল?

ইবাইহল—হোয়নে চাওপা, অকবা থবক্তি মতম অমুক য়েথোকপা ফত্তে। ওসিমক হয়েংমক ভোহোগদবনি।

রাজো—অঙাংবু পোকে মথৈ পোকসমু করি কায়ে মদু খিংলগা।

কুমার—মরুপ, মসিনা সম'ভগী অমাঙবা অমা ওইরকই হায়বসি ভায়স্থ খঙবীরমগনিদা, অমরোমদা মসি তৌদবা য়াদবা অ'া ওইনস্থ বম্না সরকারনা পায়খৎলকনি নীংই। করিন' ঐখোয়গী চাথোক্কা, লমগা, মীগা য়েংনবদা মীনা অস্থক্কী মতিক য়ামখ্রে। মেনবা থুংনদ্রে। অদুনা মসি য়াম্না ফবা সরকারগী থবক অমনি. হায়না লৌজবতনি। ঐনা য়াম্না হেন্না খঙ-তৈবগী রাস্থ নৎচদে। অঙাং ময়াম অদুবু নীংবা থুংনবা হোৎনবা হায়বসিস্থ অরায়বা থবক নত্তেদা।

রাজো - খঙংঙেদা, লরাইনি হায়দুনা উশিন্তুদুনা পঙহায় হায়রিবনি। মদু ঐগোয়গী খুল অসিদদি য়ারোই, আঃ নখোয়গী ইম্ফালদা তৌরুচো।

কুমার ভায়, অমুক্তা তাবিখো, অমনা ঐগী রাখলদা লরাই ইম্ফালগী মত থোইদোকপা লৈজদে। লমদা লরায় ইম্ফাল খায়রম্বা য়াই। মীদদি থোইনা খায়বা লৈতে। অদুগা অমনা ঐনা হেক্তা পঙহায় হায়বগী রাস্থ নচ্চদেদা, চুম্না স্থম তাম্নবা হায়বদুনি।

রাজো - (শাউনা)' অদুগী রা নক্রবদি নঙনা অসিদা লাক্লগা মীগী........ অদুগা ওব্বাগাক ওইরিবসিদি করিনো? মদু পঙতৌ তৌবা য়াব্রা?

কুমার—নত্তে নত্তে, রাখল অদু লাল্লে। কনাগী মক্মদা ঐনা অকায়বা চৎগ্রবগে? মদুস্থ তাকপিয়ু ঐনা চুমথোক্লবা

হোৎনজগে। অদুগা ঐনা মকম অসিদা ওঝা ওইজদে। অহলশিংনা খূবীনা শোই তৌবা অসি য়েংবা সুং-ঙাইত্রদুনা ময়ামদা ঐনা হায়জদুনা মিংদা ওইরবসু ইবা থোক্লবা হোৎনজবনি। চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ওঝা কয়াস্থু অহলশিংনা হাপ্পীরকনি হায়না নীংজে।

অহল—চুমইদা ইবুংঙোদি ওঝা ওইযু য়'দেদা। ঐখোয়না হায়মনবগী তৌবনিদা।

রাজো—ওঝা ফরবনিনা, কয়াদা ফজথ্রবা পাওখুমনো, মসিনা (কুমারদা) ঐখোয়গী খুল অসি মাঙনবা মশক ওই-রবনি। মহাক অসি থম্বা য়াদে হায়রিবসিনি।

ভালোক—(চঙলকপা) ঐনা য়াদুনা থক্লিবনি। মাবু, ইচা কুমারবু তাম্মোক্লদবা মীদি ভালোক্না লৈরিঙৈদদি মরু হুনদ্রি।

কুমার—খুড়া অমুক্তা ··· ····।

রাজো—করি অহল, ঐনা হায়রিবসিনি, মাবু ফূদুনা তান-গদবনি। ফূদুনা—

ভালোক—অঙাং—নরৈ ফানা রা ঙাঙউ। অরেম্বদা নথরায় মাঙগনি। করি নোক্লম নোকনীংই। নঙনা নোংমা ইচাবু কয়া থীনা ফৃবিরমই। নঙবু পোকপা নপাগী মায় য়েংবদগী তোকপিবনি। হৌজিকসু হায়রিবসিনি। ইচাবু ফূগদবা মীদি মরূ ইহুন তমদ্রি।

রাজো—করি খুড়া, ঐবু মশক খঙদবা, খুল অসিদা ঐনা তৌবা ঙমদবা থবক করি লৈ, হাৎকে তূপকে ইনীংনি। কনানা থিংবা ঙমগনি।

ভালোক হাঃ হাঃ হাঃ (নোকপা) নোকে, পেম্না নোকে, করি ?
খুল অসিদা নঙনা নিংথৌ ওইরিবা ?

কুমার—অমুক্তা ঙাইবিখো খূড়া, মখোয়না ঐবু মুংঙাইতবা
অমা লৈদ্রুনা ফুগে হায়রিবনি। ফুসনু কৈদৌবগে ?

ভালোক--এঃ করি ফৃবা ? মীবু হেক্তা ফূবা য়াত্রা ? মপানা
নি°থৌ ওইরিব্রা ?

রাজো—খূড়া চেকশিল্লু (শাউনা' নত্রবদি থাঙ চাগনি (নবদা)
ভায় নব (রাজো ঈঙ্গিৎ তৌনবা)।

ভালোক—লা লা ·· ···· অহল ওইরবা ভালোক ঐ অসে ইচা
কুমারগীদমক্তা থরায় অসি থাদোকে। লাও' লাও—
নতিক খোক্লগা ঐগী মাঙ অসিদা ইচাবু ফৃরোলাও
মপানা, মচাবু ফুবদা করি তৌবগে হায়বদুসু য়েংউ।

রাজো—ঐবুসু মশক খঙউ। ইপাগী মচানী। ঐনা ফুগে হায়থ্রবদা
ফূদনগাক তোকথ্রব্রা ? শেলনা লৈদ্রুনা ফুগদবনি।

ভালোক—হাঃ হাঃ হাঃ করি, শেলনা লৈগনি, হাঃ হাঃ হাঃ শেল
থর পায়রগা, খুল অসিগী মচিন তোংবা মী অমা
ওইরগা লাইর-অনং অতোনববু করিসু ওইদনা উরবা,
লাও লাও লাইরবদি থরায় পান্দবরা য়েংসি।

রাজো—ঐনা ফুগে হায়থ্রবদবু, (কুমারদা ফুগদবগী হোচিনবদা
ভালোক্না ঙাকপদা ভালোকতা চৈনা ফুখিবা)।

ভালোক—ও ···· ··· (তুথবা)।

(নব-রাজো চেনখিবা ময়ামসু তান্নবা, থান্নবা)

কুমার—খুড়া – এঃ করিনো .... মাগুলেব্দনা।

ময়াম - ফাও ফাও, হুরানবচু মীহ'ৎপচু ফাও, (তান্নখিবা ময়াম অমুক চঙকলপা) লায়না চেনখিদ্রা...........।

কুমার—খুড়া তান্নবীরুরম্নু চেনজখ্রসন্নু। নোংমা নক্রগা নোংমদি মখোয়স্ন ঈশ্বরনা শোয়দনা রারকনি, হুরানবগী তরানি মপ্‌গী নোংমা শোয়দনা লাকখিনি।

ময়াম—অদুদি ইবুংঙো ইমুংদা পুশিন্নবা তৌসি।

কুমার—মহুনা ফগদ্রা, খুড়া অদুদি চঙলসি।

ভালোক—ঐ করিস্নু তৌরে ই, কোক অসি খয় গাওবতনি। ইস্ লরাইমচা ওম্বোক্লা উশিগুনা তৌখ্রদা খঙগনি হন্দক্তি।

কুমার—খুড়া! তুমিন্না লৈবীরো, চঙলসি ইমুংদা পোখানবা। খনবীরুরম্নু মাগী মাগী দর্ম্মনি ঐনা তৌবনা ঐনা, মানা তৌবনা মানা ফংগনি, (কুমারনা শমগে তৌবা)।

ভালোক—য়ানি, ঐ ইথস্ত চঙগেদা চঙখিবা নখোয় লৈহে'খো—

অহল - ফনি ইবুংঙো, ঙসিদি ছুটি ওইরসি।

কুমার—ফরে খুড়া, ঙসিদি অস্নম লোইরসি হয়েং ঙন্না লেংবীরকউকো।

ময়াম—ইবুংঙো অদুদি ঐখোয় হল্লগে।

কুমার - ফনি খুড়া—জয় জয় - ।

ময়াম—জয় – জয় —(ময়াম চৎখি)।

কুমার—ঐগী ইরমগীদমক্তা খুড়াবুস্ন য়েংথীনহল্লবকো ও। ফত্তেদা

ঐ অসে। অদুবু ঐনা মখোয়দা করি ফত্তবা তৌরুরে। করি সুংঙাইতবা হায়রুরে। মদুনা মখোয়দা থম্মোয় সুংঙাইতনবগী মরম করিনো। (থম্বালনা ঙসাইমখৈ লোম্না য়েংদুনা লৈরম্মী)।

থম্বাল—ঙাইবিখো ওঝা, বা অমতা হংজগে?

কুমার—করি রানো থম্বাল?

থম্বাল—হৌজিক য়াম্না লাওনখিবদুবু করিনো?

কুমার—অদুবু নঙ হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিব্রা?

থম্বাল—ভশেংনা খঙদবনি।

কুমার—উম্—হৌজিক অহলশিংগা লাইরিক তমলিঙৈদা রাজো লাক্কুনা ঐখোয় খুড়াগা রা খর ঙাওনবদগী শাওনরক্কুনা খুড়াদা চৈনা ফুরম্লগা চেনখ্রে।

থম্বাল—ও! অদু খুড়াদি কয়া থীনা শোক্লবা?

কুমার—থোইদোক্না কন্না শোকপদি শোকহৌদ্রে। অদুদা রাজোনা ঐবু অতাতাই ওইনা কন্না শাউরি, মরু ওইনা খুড়াদা ফুবা নত্তে। ঐঙোন্দা ফুবদা খুড়াদা শোকপনি। মানা ঐবু "মাগী কাদা" হায়বা রাহৈ অসি করিনো? ঐনা মাঙোন্দা করি অকায়বা চৎখ্রে।

থম্বাল—অকায়বা করিস্থ লৈতে। ওঝাগী পুকচেল, ঐনা খঙই।

কুমার অদুদি মানা শাউবগী মরমসি অমদি লৈবা তাই।

থম্বাল—উম্—মানা শাউবগী মরমসি (খনবা) উম্, ঐ ভাব অমা লাক্লে। নোংমা মখোয়গী মপানা ঐখোয়গী পাবুংদা

ঐবু লুহোংবগী বা কন্না তক্লখি। রা অদু পাবুংনা নাদুনা লৈবনা মেন তানখিদে। মদুদা মানা ঐবু পাম্বদগী শাউবা ওইরিগদ্রা ?

কুমার—অদুদা মানা ঐঙোন্দা শাউনিংঙাই মচাক করিস্নু লৈতে। ঐবু শাউবগী অর্থ করিনো।

থম্বাল - ওঝাসি ওস্থোক্না পঙত্রেদা, তূমদবা মী হোদোকপা লুই হায়বসি চুমত্রেদা।

কুমার ইহে থম্বাল অশেংবনি, ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

থম্বাল—ভাব তাবা ঙমদ্রবদি হায়বা তারেদনা, অদুবুরো, উম্ ··
(ঈকাইবা) ওঝাবু ঐনা নুংশি হায়বসি মখোয়না খঙই অদুনা ওঝাবু ··· ···· ·· ।

কুমার—ঙাইখো থম্বাল! নঙনা পুরিবা অর্থ অদুদি লাল্লে। ঐগী রাখলদি—।

থম্বাল—নঙগী রাখল করি ?

কুমার—ও · ঐগী রাখলদদি নহাকপু ঐগী পোকমিন্নবা ইচল অমগুম্না নুংশিজে, অদুবু নঙনা············ ।

থম্বাল—ওঝা। (মমিৎতা ইরা চেনবা) অওইবরা ঐবু নচল অমগুম্না নুংশিবা ?

কুমার—ইহে থম্বাল নঙসি পঙত্রেদকো। ঐনা কয়ারক হন্না হায়খিনি। নঙসি ঐগী ইচন্নি।

থম্বাল—ও। (কপ্পা) ওঝা মখা তাবীরগনু। ওঝানা হায়বা কন্না অদু ঐদি ফাগি তৌরিবনি হায়দুনা লৌজরম্মী অদুবু···· ।

কুমার—ইবুংগী ইবেম্মা নঙ ঐবু শাউগনু। রাজো হায়রিবা নিপা অসিস্ন ইনাক কৈরাক খুনবদা খুল অসিদা মমিং চৎলিবা ইমু অমনি। মাবু মুংশিদবা তৌগনু। মঙোন্দা লৈবদা নঙগী করি অমাঙবা লৈবগে?

থম্বাল—ওকএ···· ·· ওঝা মথা তাবীরগনু। ঐগী রাখল লানথ্রে। ঐগী থম্মোয়গী রাখল থম্মোয়দা কংদুনা মাঙথ্রসনু········ অচুনা ওঝা! রাজোগী রাদি ঐঙোন্দা পনবীগনু ······ (চেনখিবা মুংঙাইতনা)।

কুমার—থম্বাল ঙাইথোনে, অমুক্তা ঙাইথোবা ও········ চৎখ্রে দো শাউদুনা— ওম্হোকপনিদা, মাগী রাখল, মহাক্কী অসিগুম্বা রাখল লৈ হায়বা অসিদি ঐদি খঙদে। করম্না ঐনা মাবু থেমগনি, ঐস্ন মহাকপু মুংশিদবা নত্তে,— অদুবু মুংশিবা অচু মপুংফাবা ঙমদে, মীগী মযুমদা শাইদাংদুনা লৈরগা, মীনা ঐবু········করি? নত্তে নত্তে, ঐগী রাখল শেরান্নবা য়াদে। (চঙখিবা থম্বাল!

---

—লাইট ওফ—

## অহানবা শরুক

## (৪বা শুৎপা)

# থম্বালগী মুম

[ থম্বাল মুংঙাইতবা রাখল অমনা মশা অত্থ ইচোক চোকথরে, মশম-মনা ইক্সা ফারি। লৈকম খঙদে, মরুক মরক্তা মুকম মুকম শোল্লি ]।

থম্বাল—মহাক্না ঐবু মচন অমগুম্না লৌখ্রবা, মানা ঐবু মুং-শিদ্রবা! ঐনা কয়াগী মতিক মুংশিজবা, অদুবু ও·· ওঝা, নঙগী থম্মোয় ওম্মোক্না কনখ্রদকো, হৌজিক ঐনা করি তৌগনি। ঐনা মাবু ইবুং অমগুম্না মুংশিবা ঙমগদ্রা? নত্তে ঐনা মত্থ করম্না ঙমগনি। ঐগী পুন্সিদি মহাক্তনা কি'হনবনি। মহাক্না ঐবু থাদোকপা মুমিত্তা ঐগী অরোইবা মীকুপ ওইগনি।

অপাবী (মনুংদগী থোরকই) হে— নঙবু চাক চাথোকও হায়রবসু য়াদে। নপা অনাবা অসিগী মনাক্তা ঙহাক্তা নে তানা কমত্থনা সেবাস্থ তৌদে। করিনো নঙনা তৌরিবা অসিবু?

থম্ব'ল—ইমা, ঐ হকচাং অসি ঙমদত্থনা তৌবনি।

অপাবী- থর তৌরগা হকচাং ঙমদে। নত্তে, হকচাং ঙমদ্রগা কমুংদা হিপ্তুনা লৈবা য়্দ্রো, ঙহাক লৈর মাঙোলদা, ঙহাক লৈর য়েনখাদা, উখোংদা, থঙদে করি ওইনা নারিবা অনাবনো? পুবা থাংবা ঙমবা পোৎ নত্রেদা।

নপানেনা তৌরিসিন্না কমুংদগী হৌগৎজে,। চানীংঙাইসু লৈত্রে। নঙনগা অদুম তৌরবদি নুংঙাইগদৌরি ইমুংসি। ওন্থোক্না নুংঙাইগদৌরিপোৎনি (ঙাঙ-ঙাঙদুনা থোকখি)।

থম্বাল—মীওইবগী পুন্সিদা অসি য়ৌনা নুংঙাইবা অমুক কদাইদা লৈরমখিগদগে? পোকপদগী নুংঙাইবা শরুক ফংদনা অসুম অসুম শিবা ভারবা, ইপানা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম শোনবা কেন্নক্লি। করিগুম্বা পাবনা লৈতবা থোক্লবদি, ঐগী ইমা অসিনা ঐবু কয়ম্না থমগনি। ও…… ঐগী পুন্সি অসি ওন্থোক্লা তোনখ্রেদা। ঐনা হৌজিক হিংলুবগী করি কান্নকম লৈরি। ঐদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ।

কুমার—(লোম্না ভারম্বদগী) থম্বাল!

থম্বাল—কনানো ( য়েংবা ) ও! ওবা (পি ভৈথোকপা) করি থবকী ফিদা……… (চঙখিবা)।

কুমার—য়াৱনি, থারুম্মু।

থম্বাল—(ফিদা থাবা) চুন্না সুম লেঙঙকপরা, অদুগা………।

কুমার—ঐ চুন্না সুম খুড়া ঙমদবদু ঐখোয় খুড়া ভালোন্না ভম্বা তাবদগী নুংঙাইতদুনা লাকপনি। অদুবু………।

থম্বাল—অদুবু করি………….।

কুমার—নঙনা হৌজিক থনখিবা রাথলশিং অদু….. মদু থনবা হৌনদে, ইবুংগী বা লৌ; ইবুংনা থাম্নবা ইল্লু। করিগী-দমক্তা মমল য়াম্নবা পুন্সি অসি অরেম্বদা মাঙগনি।

থম্বাল—চুমই, অদুবু ওঝা মমল য়াম্লবা পুন্সি অসি ঐগী ইকমদদি শাম্নপোৎকুম খল্লি।

কুমার—ইবেম্মা নঙনা খল্লি, ঐ অসিনা নঙবু মুংশিন্নবোই হায়না, মদুদি অরানবা ৱাখল্লি। নঙনা ঐবু মুংশিবদগী ঐনা নঙবু মুংশিবনা শরুক চাম্মা হেল্লি হায়বসি কাউগনু—।

থম্বাল—মদুদি ওম্নবা মপানথোংগী ৱাহৈনি। মদুবু থাজবা য়াবা ৱাকমলা?

কুমার—চুমই, নঙবু ঐনা মুংশি হায়বসি হৌজিকমত্তি মদুগী চপচাবা খুদম উবা ফংলোই। মদুদি নঙনা ঐবু মুংশিবা ৱাখল অমা ওইনা মুংশিখিবননি।

থম্বাল—মদুবু ঐনা করম্না থাজগনি। খল্লু, মদু ঐগী থম্মোয়না য়াবা ঙমগদ্রা? অসুক কুইবা অসি, ৱহাকী ৱাখলদুনা লাইনীং ওইদুনা লৈজরবা অদুগা করম্না মতমদা হয়াও মথোই কাদুনা তাইবং পুন্সি অসি লেন্নমিন্নগদগে খনজরিবী ঐনি। মুংঙাইরবা পুক্নিম্মী অয়ুক্তা কল্লবা নোংলৈ মুংশিৎনা হুমদোকপা ওইথোক্লবনি।

কুমার—থম্বাল, ঐনা মতম অমদা খনখি। অরাবদা তারবা কালদা নঙনা ঐবু "নবুংগী মথরায় কল্লু, ঐগী ইবুংগী মথরায় কল্লু" মতম অদুদা ঐনা খনখি, সংসার অসিদা ঐগী কনাম্ব লৈত্রে। অদুম্বু ঙসিদি ঐগী ইচল্লু অমা ফংজরে। অদুগা অমনা তাইবং পুন্সি মংলানথক অসিদা

মরাইবক ফবা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইজন্নুনা ঐগী ইমিৎ অসিনা পেম্মা য়েংজবা অঃনি, ঐনা পামজরম্বা, অদুবু ঙসিদি মু'ঙাইবগী মুমিৎ অদু খঙকৌদনা তাখ্রে।

থম্বাল--মুমিৎ অদু নঙতগী তাখিবনি, ঐগীদি থোক্লি।

কুমার--অদুবু থম্বাল! নঙবু লাইরৈ লৈতে হায়দুনা মুংশিদবা নত্তে, ইচল শক্লা মুংশিখিবদগী পুম্নমক ওন্ননা চৎখিবতনি। নঙবু ফংজবদি ইরাইবকতুম ফবনি। অদুবু থম্বাল খন্দুনা য়েংউ, মফম অসিদা ঐনা লাক্লগা ঐগী জীবন অসি হিংনবা, লৈত-লাইর কয়া তাথোকতাশীন কয়া ভৌনদুনা, ইচিন ইনাওগুম লৈমিম্নরবা, অদুগা অমনা মখোয়গা ঐগসু য়েরুবা তারবা........।

থম্বাল- সমাজগী মিৎয়েংবু কিরবদি ঐবু মু'শিবগী অর্থদি— থম্মোয় য়াওনা মুংশিবা নত্তে, অসি নত্রা।

কুমার—নঙনা ঐবু শেরাম্নবা রাখন্দা পুরো! ঐ হায়কম খঙলক্তে। অদুবু থাজো থম্বাল ঐগী থরায় অসিদগী ইচলগী থরায় অসিনা হেন্না মমল য়ামই, হায়বসি ঐগী লেঙদ্রবা রাশকনি। হৌজিকসু নবুংবু চাং য়েংহল্লু মতমদুদা নহনা খঙগনি।

থম্বাল ·ওঝা,.... অদুবু.........।

কুমার· অশেংবনি ইবুংগী ইবেম্ম, লাইরবা নবুংবু থাজো নবুংবু শেরাম্ননা লোগনু।

থম্বাল—(মনুংদা 'রাজো, নব লোয়মনা চঙলকই) 'ইবুংঙোখোই, লেঙশিল্লকউ লেঙশিল্লকউ, (চঙলকই, কুমারবু উবদা) আঃ ইবুংঙো করি থবক্নীনো ?

কুমার—ইন্দোল ইবেম্মা, খুড়াগী হকচাং ঙমদে হায়বা অদুদা সুম লাকচরম্মী।

অপাবী—আঃ ইবুংঙো নারিবা নখুড়াদো ইমুংদনি, অসিদা নত্তে।

থম্বাল—ইমা...... .... ।

কুমার—খঙজরে—থোইদোক্না কম্না নাবা নত্রবদি ঐস্থ হনজরগনি।

অপাবী— এঃ হোয় হোয় ইবুংঙো, য়ারনি য়ারনি লেঙবীখিবা....।

থম্বাল—(মুংঙাইতনা) ইমা, ঙাইখোবা খিৎ........।

কুমার—চৎচরগে........(চৎখিবা)।

অপাবী—যনি (মিৎ খা-না য়েংবা)।

থম্বাল—(মুংঙাইতনা য়েংহৌবা)।

অপাবী—(রাজোখোয় লেপতুনা লৈবা উবদা) হায়মা ইবুংঙোখোয়দি লেপ্তুনা লৈরব্রো ? (থম্বালদা) কায় করি য়েংলি, নঙ তাইবুংঙোখোয়গী ফিদা থাবা য়াব্রা ? হায়মা করিনো নঙনা তৌরিবত্রবু ?

রাজো—এঃ ইন্দোল ইবেম্মা—ফরেদা।

অপাবী—নঙগী তাইবুংঙো রাজোখোয় লাকপসি পঙমা লাকপীবপোৎ নত্তেনে।

থম্বাল—(খা-না য়েংলম্লগা চঙখিবা)।

অপাবী—ইহে· নঙবু করি তৌরিগে নঙগী তাইবুংঙোখোয়না

লেপ্পিবসে কয়া কুইরে (রাজোখোয়দা) খঙত্রে ইবুংঙো অঙাং ওইরিবসিনা পঙবসিনবু।

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা— চাউরগা মরাইনা ফঙ্গরকনিদা অঙাং ওইরিদুনা তৌবনি।

থম্বাল—(ফিদা থারম্লগা চৎখিবা)।

অপাবী—ইবুংঙোখোয়না লেংঙকপসিদি করি হা-নি। লাইরবী ইমুংনিনা করিস্থ লৈজেদো।

রাজো—এঃ ইন্দোল ইবেম্মা, করি চারুনি। ঙহাক্তং পোত্থাবা ফংজবসিনা হেক্তা পেনজরে।

অপাবী—ইবুংঙো ইন্দোলদি রারেদা নঙগী খুড়া অসিনা ফমুং-দগী হোৌগৎপা লৈখিদ্রবা অসিদা ওস্থোক্লা রারে। নচল অসিনগা পঙবনে, লৈত-লাইরবগীবু রাসিরা, খঙত্রে ইন্দোলদি তৌফম........।

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা লাইনা তম্বা, হায়বদুনিদা। রাহ্না ঙাক লৈবস্থ রাত্রা? নোংমদি শোয়দনা সুংঙাইরকপা য়াইদা।

অপাবী—অদুনি ইবুংঙো সুংঙাইরকপা য়াই হায়দুনা হিংনরি-বনিদনা। অস্থম........ রানা লেনবা তারবদবু হিংবগী কান্নদ্রে হায়বা।

রাজো—মানি ইন্দোলইবেম্মা, অদু, রারিস্থ সুংঙাইরি, রা অমতং হংজনী বনি— অদুবু........।

অপাবী—করিনো ইবুংঙো তাকপীয়ু, হজোইগমুনে। নয়ুমমকনি খল্লুনে। ইহে—করিনো নঙনা চিংনরিববু?

রাজো—আঃ অতৈ নৎচদে, ঐখোয়গী পাবুংগা রা অমা ভাঙনৈ হায়বদুবু করম করম তৌবা তারবগে।

অপাবী—হোয়নে ইবুংঙো ইন্দোলদি ইকাউবু কাউরুরে, য়াম্না ফরে, মতাং চানা হৌদোকলকপা অসি, অসুম তৌবা, (ইমুংদা য়েংলগা তাখিনি হায়বগী মতাগুম হায়বা) নঙগী খুডা অসিনা কন্না নাদুনা লৈবা অসিদা রা অসি হেক লোইবা য়াদব্রনা তৌবনি। অদুবু ইন্দোলনা ফনবা শীনগনি, করিমত্তা চিংনগনু—।

রাজো—চিংনবগী রাদি লৈজদে। অদুদা ঐনা পামজবদি খর থুনবা, মতম অসি ইন্দোল ইবেম্মনা অমুক্তং·· ···· ।

অপাবী—থুনা হায়ববু ইবুংঙো মতমদা য়েংনগদবনা ভায়রবনি। অদুদা মাই-পাবুং অসিনা মশা অসি কনদবা অসিদা তৌবনি। ইন্দোলনা ফনবা পুম্নমক তৌগনি করিমত্তা চিংনগনু।

রাজো—অদুগীবুদি ইন্দোল ইবেম্মা লৈরিদনা। অদুদা মশানা মওং অমা তৌবা অসিদা।

*অপাবী—ইহে ঐনা হায়রিবসিনে; মমা ঐসে মাবু পোক্ত্রবসু ঐনা শীনবা থবক্তা মানবু য়াদ্রবদি য়ুম অসিদা নোংম-ফাও পুল্লিগী খোঙ্গুল তাবা য়াদ্রেদনা। অমনি খঙদে, অমনি খঙদে, ঐনা ফনবা তৌগনি হায়রিবসিনি ইবুংঙো।

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মগী খৌজালনি।

অপাবী--ফরে নচলগা রারী ঙহাক শাখো।

য়াজো—(চিংনা) ইন্দোল ইবেম্মা হোয়েল……।

অপাবী— ইন্দোল লৈরি চিংনগনু। (মসুন্দা হায় দুপীমচা থম্বাল অমুক্তা থোয়রকউ। ইমা য়া অমা হায়গে।

থম্বাল— (থোয়রকই) করিনো ইমা?

অপাবী—আ— সে— মশু ভাইবুংঙোথোয়না কনানো অমা খঙদ্রে হায়রে। ইমাদি ঐকাইবগুম ভৌরে। মখোয়না খঙবা লৈক্লাল্লে খর হংহল্লুসে।

থম্বাল—ইমা পাবুংগী হিদাক অসি………(হিদাক উৎপা)।

অপাবী—( শাউরপ ) হৈ মীনা কায়রগা (মশিং থা-না য়েংবা) ঐঙোন্দা হংবা য়াবা মত্তেনে। নঙগী পাবুংগী হিদাক অদু ঐনা পীজরগা লোইরেদনা। মীনা হয়াও হয়াও হায়রগা অঙাওবীসিদি (চঙথিবা হিদাক জুলগা)।

থম্বাল—(মমা কিবদগী লেপ্তুনা লৈ, য়াজোথোঙ্গ য়া পাক হেক ঙাঙবা ঙমদে) কনাগী মরমদা হংবীগদবা ওইরবনো?

য়াজো—ওঃ ইবেম্মা আ— লেংনা হেক হায়রবদা অতোপ্পা অমগী মরমদা হংজগদবা নত্তেমা। ইবেম্মগী মরমদা য়াহৈ অমা অনিদং হংজনীংতুনা।

থম্বাল—করি য়া?

য়াজো—ইবেম্মা থম্বাল। নঙগী নক্মদা য়া হংবসি হজোইবা অমা পোক্লে। অত্রবু হংদবদি য়াত্রে, অশেংবনি ঐথোয়না ওসি লাকচরিবা অসি নহাক্কী শুংশি য়াহৈ অমত্তং ভাজগে হায়দুনা লাকচবনি।

থম্বাল—ৱারৌবিগম্নু ঐদি মুংশিবা মশক খঙজদ্রিবীনি।

ৱাজো—তৌমুদা, অদুক চাউরবা লৈশাবী মহাক্না মুংশিবা মশক খঙদ্রি ?

থম্বাল—চাউবা ঙাক্নুনা ওইবা য়াদে। ইশাগী লৌশিং লৈত্রি, মুংশিবা মুংশিদবা করি অমতা খঙজদ্রি।

নব— ৱাসি তাবা য়াদ্রেদা (মকোক খ্রো খ্রো খোৎপা)।

ৱাজো—হৌজিকপু ইনৌ নৌনা মুংশিবা অমুক তমখিবা ত রিবরনে ভায়।

নব— হেরা, ওইদবা ৱানিদা ভায়। মহাক্না অমত্নুগদি হেক ময়াবা।

ৱাজো—এস্ চুমই ভায়, ভাব তাজরে লাইর-চুদৎনবা কুমারদদি মুংশি মশক খঙবিরিনিদা।

থম্বাল-অশেংবনি, মশাক অসি লাইরবা কনাস্ন লৈত্রবা লমজা অমা ওইরবস্ন মহাকপু ঐনা ইবুং শক্না মুংশি।

নব— ৱা লোইরে ৱা লোইরে— ঐ অমা ঙসিদগী ছুটি।

ৱাজো উম্ ঐখোয়না নহালমখৈ চিংনরম্বা অদু ফল তারে। ইবেম্মা অমুক্তুং ৱাথল তৌবিয়ুদা হয়েং তুংদা করিগুম্বা লাইগী নোংদমদগী লৈমিন্নবা তারবদি ৱা অসি কয়া মুংঙাইনরোইদা।

থম্বাল—মীওইবগী পুন্সি খঙবা ঙমদবগুম তুংগী ৱাদি তুংদা খঙনসি। ইপানা য়াবা, ইপানা পাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি চঙজরগে ৱারৌবিগম্নু (চঙখিবা)।

ৱাজো—এঃ ৱা 'সিদি।

নব— হেন্না ভয়— খে।ইদৌ লংখংলেকো, খোক চিংত্থনা পুনিকো ।

রাজো—অদুদা মমাগদি....... ।

নব— মদুনা হেন্না পেনামুক লায়খ্রে । মমাগী রাদি সে— (শেল লৌথোক্লগা) তেং-.তং খঙলেদনা ।

রাজো—এস্— মানি মদুতনা পৃ'িবী জয় তৌবা ঙমলিবনি অদুদি (মতমদিদা অপাবী খোরকই) ।

অপাবী—ইবুংঙোখোয় লেঙঙমিম্রি ?

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা ।

অপাবী—(তাখিনি মত্তাগুম) অদু নচলগা রা অমা অনি ঙাঙনবদুদি করি করি হায়বা ?

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা লোইরে— হিংলুদুনবু কায়রে ।

অপাবী—ফরে ফরে, মখা তাবগনু— । ইন্দোল ভাব তারে । মপান্দা লেঙথোক্লসি কৃপ্না খন্নদবা য়াম্রে ।

রাজো—ফনি, (থোকমিন্নখিবা) ।

(ঙহাক নৈরগা পম্বাল রাখল তৌদুনা থোরকই । মখোয়না চৎখিবা মায়কৈদা য়েংলুরগা মখ্বায় মুংঙাই-তনা হায়রকই ) ।

পম্বাল্ল-ওম্হোকপগী ইমা হায়বদু ওইরে । মচা ঐগী রাখল করিনো হায়বদি য়েংবিদে । পৈশা পায়বা মীতবু মী ওইনা খনখ্রে । অসিগুম্বা ইমাগী থৌশিল অসি পাবুংনা করিগুম্বা খঙগ্রবদি পাবুংনা করি ওইগনি । ঐগী পুন্সি

অসি মহ'ক্কী মফমদা কৎশ্রবনি। মহাক্কা তারগা করি ওইগনি। ও - তোল্লিদা মুপীগী মপোক। ইমা-ইপা পুং-পাং শুবা ওইরবদি ঐগী অরাবসে কোকদবনি। মেং'উ, ইপা অনাবসি হুন্দোক্লগা শেল তানবা চৎথ্রিবা অসি। মসিদগী অমুক হল্লক্লগা ঐবু অমুক নৈরগনি। ঐনা করম্না খাঙগনি। ইমা অপোকপী নঙদি উরিরোই নচানা রারিবা অসি; নচাবু লৌশিনবীরো। নচাগী রাখল নৈফম খঙদ্রে (কপ্পা মতমসিদা মু শিরবা ঈশৈ অমনা মাবু থেমজিল্লি।

### ঈশৈ

কদোমদনো চেক্লা পাইখিনুবা,
আশাগী মপান তাংজবী নংবু,
মুংঙাইগ্রবা তাইবং মালংসি ?
নপীজা কায়ন রারবী,
য়ারৌ লাংগুম থুরবী !
কদোমদনো চেক্লা পাইখিনুবা !

মুংঙাই ঈপাক লান্দুনা,
মুংশি রারী শাত্তুনা,
অরা মুংঙাই কয়া,
রাখল পুম্বা ফোংদোক্ল,
চেক্ল পাওমেন্নখিসি ,
কদোমদনো চেক্লা পাইখিন্নবা !

( হীরুা হীরুা কপই, তাল্লক অসিদা অপাবী শাউনা চঙলকই ) ।

অপাবী—হা— করি ভৌরি ? হা খিত্তং ভৌরে হেক্তা কপশিন্নবা মাসি, নত্তে, নঙ ভাইবুংভোখোয়দা করি করি হায়রুই ।

থম্বাল—ইমা ! ঐনা করি হায়গনি । ইপানা হায়বা ইনগনি হায়বতনি ।

অপাবী—ইস্ ইপানা হায়বা ইনগনি ? নত্তে নমা ঐদি অপোকপী নত্তে হায়দুনা ঐনা হায়বা ইল্লরোইদবা, হা ভনুনা খুমউনে ।

থম্বাল—ইমা ! নচানা হায়বা করি লানথ্রগে, ইমুং অসিদা পাবুংনা অহলনি, অহলনা ইন্দনা কনানা হায়বা ইনগনি ।

অপাবী—ইমাই-ম'ই— য়েংউসে, কয়াদা হৈথ্রবীনো ? নত্তে, নপানা হায়রবস্থ ঐনা হায়বদা ইনগত্রা ইল্লোইদ্রা মদুত্তা খুমউ ।

থম্বাল—ইমা ! ইমানা হায়বদা ইন্দুনা লাকচরি, ঙসি নচানা ইমানা হায়বদা করি ইন্দবা য়াওথ্রবগে ?

অপাবী—হাঃ আঃ মুংশিদা ইচাশদি অদুনিদনা মমা ঐবু কয়াদা নীংখ্রবীনো ? ইমাননে ইচাগী পুকচেল য়েংগে হায়দুনা শাউদুনা য়েংবনি । করিগী ইচাবু শাউগদগে ।

থম্বাল—ঙসি ইমানা ঐবু মুংশিবীরিবা অসুম্না হয়েং তুং ফাওবা লুনা ভৌবিয়ুকো ইমা (কপনীংবা পোকপা) ।

অপাবী—হায়মা অঙাওবীসিদি, ইমানা নঙবু ওকসমু শিংসমু হায়দুনা ভৌবনিনে । ফরে ইমা রা থর হংগে ।

থম্বাল– কন্নিনো ইমা–?

অপ বী– স্কেংঙোই ঙসি ইমানা হায়গদৌরিবা রাসি য়াম্না লুবা রানিকো, অদুগা ইমানা নঙগী কত্তনবস্থ হায়বা হৌনদে। করে, ইমানা মীনা ঙাঙনবা স্থম অাবন্না নঙগা কুমারগা মরী লৈনৈ, হায়না তায়। খর খর ঙাঙনবা হৌরকপা অসিদা য়ারবদি থাদোকউ। মীনা ঙাঙনবা হায়বা অসি য়াম্না লুবা-কো। নঙস্থ খন্দুনা য়েংউ। হৌজিক হৌজিকমক নমিৎনা উরিবা অদুনি। মমা মপা লৈত্রেদো—মাগী করি লৈ, চানীংঙাই থরী-ঙাই করি লৈ। কৈথেল শলগুম লৈরবা মী অংদা নঙনা করম্না লৈগনি। ইমানা হায়-বসিদি শাউগনু। নঙগী ফনবা হায়বনি। ইমাখোয়দি নঙনা সুঙাইনা, হরাওনা লৈবা উরগা ইমাস্থ মুঙাইগ-দৌরিবনিদো, নঙনা রারগা ইমাখোয়না মুঙাইগদ্র?

থম্বাল—চুমই– ইমা, ইমানা ঐবু কত্তনবা হায়বা হৌনত্রা?

অপাবী অদুনি ইমানা হায়বদি—নঙনা লৈবদস্থ মুঙাইজগদবা হেক চৎখিবদা থবক মনা অমত্তা শূন্দনা লৈরুগদবা, মীনাই মীশম্ন থোগল তৌরগদবা মফমদা থাজনীংইদো। নঙগী রাদি খলদে, ইমানা অদুনা স্থম খনবদা ইচানা লৈবদস্থ মুঙাইজগদবা রংজো হায়রিবা নিপা অদুদা থাজনীংই। মহাক অসি মশকস্থ কৈজে মরলনে, মথুমনে অরাৎপা অমত্তা লৈতেদো। মরাইবক্তি করিপোৎনিদা ইচাদি

থম্বাল– ইমা অতৈদি খঙদে, মাগী রাজো হায়রিবা নিপা অদুদি ওস্থোরা পামজখিদ্রে।

অপাবী হায়—তপ্পা ভাঙভূনে। অদুম হায়বা হৌনব্রো, নত্তে, নঙনা থিবদবু অস্থুক ফবা নিপাবু ফংগদ্রো। মসিদি মীনা মাগীদমক কনবা শীল্লগা, নরাংবা শারিএ। নঙ ঙসি মতে'ইনরা? তপতাবমখৈ ফুদোক্কনিসে।

থম্বাল—ইমা অস্থুক মুঙাইতনা লৈগদবগী শরুক্তা ইমানা ফুহনা শিখিবনা করে।

অপাবী—ইমাই, মাই, ওম্থোক্পা কিজরেদা সত্য –। ঐগী চিন-থক্লবু, কয়াদা ঙমখরবনোসে। করে করে নঙগী পিতৎ পাতৎপা মফম মরাঙ খঙদবা নিপা অদুদা হেক লৈরো।

থম্বাল—ইমাগী থৌজান্নি।

অপাবী - হৈ- নঙ লমহেনগনু. মীনা হায়রিবসি করি লৈগে, খন্দবা, নঙবু ঐনা রারুরো .শিরুরো হায়বদি নত্তেদবা, য়াজদ্রগা রানা নপুন্সি লেনজবা অদুমঙাই। চৎলো চঙখ্রো, চৎলু। নশক অদু য়েংনীংদে। (থম্বাল চঙখি)। কয়াদনোনেসে, মীনা হায়নবদু চপ হেক চ'না থোক্কদোরি। ঐনা শীল্লিবা অসি তোকপা তারবদি কদায়দগী শেল্লা, ইস , কৈ তোগে অপাবী ঐবু মশক খঙদবা শাই। কন্দক্তি নৈগে, হেক য়াদ্রি ফাওবা নৈগে। উশিত্তবা শারদনা খঙগনি।

(ভাঙদুনা চঙখি)

- লাইট ওফ—

## ইণ্টরভেল

---

# অনীশুবা শরূক

## ( ১বা উৎপা )

### লম্মী

মতম—মুংখিল।

ইবাইহল, চাওপা শোরাৎ চৎলুবদগী হল্লকই। লম্মীদা রারী শারকই। মখুত্তা ক্বা তাঙ্গনচিংবা পাররকই।

চাওপা—ইবাইহল ঙসিগী, শোরাৎসিদি মওং অমনিকো।

ইবাইহল—থঙদ্রেদা, চাওপাখোয়, মতম অসি মওং অমা তৌরে। করিনো, লৈত-লাইর, ইনাক খুনবা, অয়া·অনা চপ মাগ্রে। ইমুংদা লৈবা লৈতবগী ভাব করি অমতা য়েংনদ্রে। ইজত্তা করিনো মী শিং-নবা তারে।

চাওপা—ঙাইখো ইবাইহল মখোয়বু থোইনা ঈনাক খুনবা মীস্থ নত্রে, ফিরোলনা কিরোল থাবীবা। চা-থকপনা কয়াদা ফজনা তৌরিবা।

ইবাইহল—হেরা নখোয়সিমা খিৎ-পঙমনখ্রেমা লাইমা ভাব তামন্দে। কনানা ওইনি রাজো মপা মচানা তৌরিবা ঙাক্তনিনে।

চাওপা—ও! হোয়নে মখোয়মক্কী থবক্নৌনা মথরাই য়াম্না য়াওনা তৌইনে। থঙদ্রেদা মখোয়না কন্না হোৎনজরগা অরেম্বদা তারগদ্রা?

ইবাইহল—হেয়া চাওপা নঙসি ওম্মোকপনি, মপা অদু লৈরিঙৈদবু মমা অদুনা কুশি তৌবা য়াদবদগী তৌরিবনি হৌজিক্‌ মপাসু শিরে। মমাগী মখুত্তা লোইনা তারবনিনে।

চাওপা—মুপীমচা থম্বালবু য়েংবদবু ওম্মোক্লা মুঙাইখিদ্রেনে। মানা কপ্পা তারগা পূক্লিং অসি ওম্মোক্লা মুংশিখ্রে।

ইবাইহল—মমা অসিগী খুজিন থোরাংনা মচানুপী অসি শোয়দনা পীরগনি, হায়দুনা অসুক য়াম্বা অসি পাম্মুব খঙদনা কৎলিবনিদো। থম্বালসু মপাগী সোরাৎ অসি কায়হননীংদবদগী য়াদুনা লৈরিবনি।

চাওপা—চুমই, ইবাইহল, অদুদা ঐদি মসিদা য়ানীংদবা অমা লৈরিএ।

ইবাইহল—আঃ করি য়ানীংদ্রিবা - ?

চাওপা—লাইদা কৎলিবনি হায়দুনা মপোৎ মচৈ বক্কোপ থমদুনা তৌনরিবা, ধর্ম্ম অসিবু করি কায়রিবনো। শিরিবা মীশিং অদুনা ফংলমগদ্রনে। থাজদেবো।

ইবাইহল—করিনো, অতো নঙসি ভাব অমা তৌরেনা—। লাইদা কৎপগু অরেম্বদা মাঙবা হৌনব্রো ? চাম্মা কংলে চনিগী থবক, অমা কংলে অনিগী থবক হেম্না হেম্না লাকইবনি। অমাঙবা লৈবা হৌনদেনে। ইবুংঙো মাদি সংসার অসিদা লোইনা উরিবনি, তারীবনি।

চাওপা—মচুদনিসে ঐনা য়ানীংদ্রিবা। রারবা লাইরবা মী কয়ানা কৌবদা অমত্তা লাক্তেসে। কনাগী মপা, কনাগী মচা করি কায়খে।

ইবাইহল—এঃ এঃ কৃষ্ণঃ কৃষ্ণঃ চাওপা নঙবু ঙাওবরো ? এ ঈশ্বরবু ঐ র'রে—ঐ লাইরবনি হেক হায়রগা হেক লাক-পিগদ্রা ? ঈশ্বরবু লৈত্রবদি নত্তে, ঐখোয়বু হিংদুনা লৈবা য়াখিগদ্রা ? য়েংউ নহান্দু ত্তোলেনগী মচা নিপা অহল অদু ঙাওনা ফৈনা নাবদগী ঐখোয়গী অজ্ঞানা লাইদা ক্ষীর খিত্তুং কৎপিবদগী হৌজিক কয়া করে। মী ওইনা চৎলেদো।

চাওপা ক্ষীর কৎলবস্থু কৎত্রবস্থু ফগদবা অনাবদি শোয়দনা ফগনি।

ইবাইহল—ইহে লাইদা কৎপনা নত্রবদি মাইবা ডাক্তর কবিরি কাম্নরি, খঙএ, নংসি মীনা হায়নবত্র চুম্বা তারে। ধর্ম্ম অভোপ্পা অমবু কন্না থাজরি হায়বসিমা চুম্বা তারে।

চাওপা—অত্তোপ্পা ধম্ম নত্তেনে। ইশাগী ধর্ম্ম চৎকদবা লম্বীনিনে। ইবাইহলনা ভ ব তাদ্রনিনি। মমাঙৈদগী ফাওর-ফাওরবা পণ্ডিত কয়ানা ধর্ম্ম অসি মাঙদনবা কন্না হোৎনরমীবনি। ইবাইহলস্থু, তাবীরিনিদা।

ইবাইহল—ইহে করিগী তাদনি। নঙসি ভাব তাদ্রেদনা মতম মতম অদুগী চৎনবী ফিজেৎ-চাকচা, রাঙাঙ শাঙাঙ হোংবা য়াবা নত্তেনে, মদু ওইরম্বা য়াই, ওইরমদবা য়াই। নঙ ঐনা য়েৎনগদবা নত্তেনে।

চাওপা—অদুদা য়েংউ ফাওরবা পণ্ডিতশিংনা মৈ হৌবমথৈ, মগুণ লৈরম্বা অদুবু, হৌজিক্কী মতমদা কনা ঙম্বা থেংনরবগে ?

ইবাইহল—হোয়নে মৈ হৌরম্বা য়াইনে মদু লৈরমদে হায়বা কনাস্থু

য়াওদে্নে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ধৰ্ম্ম কয়া চৎলম্বা য়াই, মতমগী চৎনবী মতুংইন্না ধৰ্ম্ম কয়াম্থু হোংলম্বা য়াই। অদুবু ঐখোয়না ওসি কাওবদা অহল-লময়া চৎনরম্বা ধৰ্ম্ম ওসিবু কায়দে হেক হায়বা চুমদেনে।

চাওপা—ঐখোয়না কায়দে কদায়দা হায়ব্রে।

ইবাইহল—এঃ করিগী হায়দনি মুতিগী হায়রিবনি। বামোন্দি আদগী লাকপনি। হা অদুগী ধারনি হা অদুনি, নত্তে হায়ববু হায়দ্রে ?

চাওপা—অচুম্বা হায়ববু করিগী শাউরুরি।

ইবাইহল কনানা শাউরিবা ? ঐনা হায়বদি ধৰ্ম্ম শন্দোকপদা মাদু অদুনি, ঐদি অদুনি হায়বা ধৰ্ম্ম শন্দোকপা হোনব্রো ? মনা মানা পাম্বা ধৰ্ম্ম অদু মহাক অদুগী অফবা ধৰ্ম্মনি। নঙনা বামোনগী নীতি পামদে। ঐনা পামই। কনা অমগী মচানা য়ু থকই। কনা অমগী মচানা য়ু থক্কে। মদু মানা মানা পাম্বা মতু ইন্না তৌরিবা নব্রো ? কনানা হাওদা বনানা মুসলিমদা, কনানা ময়াংদা, মদু নঙ ঐনা শীনবা য়াব্রো ঐনা হায়রিবসি ভাব মুন্না তাউনে।

( কুমার চঙলকপা )

কুমার—অহল অনীনা ওসি য়াম্না কম্না ওাঙনবীরিববু করি তৌনরবগে ?

ইবাইহল—ইবুংঙো কুমার খুড়াখোয় ধৰ্ম্মগী মরমদা য়েৎনরম্মী।

কুমার -ওঃ ধৰ্ম্মগী মরমদা ?

চাওপা—উম, ইবুংঙো ধর্ম্মগী মরমদনি। ইবাইহলগা, ঐগা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি পামই, পামদেগী মরমদা য়েৎনরমইবা।

কুমার - ওঃ ওঃ ভাব তাজরে, ভাব তাজরে। হায়বদি অমনা গৌড়িয়াগী অমনা মৈতৈগী,........।

ইবাইহল—মানি মানি ইবুংঙো রা অসি আঃ য়ৌনরপোৎনি। ইবুংঙো কনানা চুমইবা কনানা লাল্লিবা তাকপীয়ু, তাকপীযু।

কুমার—এ: এ: রা অদু ওন্নরে। কনানা চুমই নত্রগা চুমদে করম্না হায়বা ঙমগদৌরিবা। ধর্ম্মগী মরমবু কনানা বিচার তৌবিগনি।

ইবাইহল—চুমই ইবুংঙো, অদু ওইরবস্থ ইবুংঙোনা অখঙবা খরদা ওইরবস্থ তাকপীযুদনা।

কুমার—হোয় অদুম্না তাকপীরবদি, ঐনা খরদং অনীমক্কী ওইনা খঙজবা খরদং হায়জগে। খুড়া অনীনা খন্নবীরিবা রাফম অদু অনীমক ইচুম চুমই। অদুগা অমনা অনীমক ইরাল লাল্লি। লাল্লি হায়বদি রাফম অসি হায়বা ঐগী ইতিক নত্তে, অদুবু খুড়াখোয় ওইবদগী হায়জবনি। মরমদি খুড়া-খোয়দি খুল অসিদা লৈরিবা লৈবাক অসিদা পোকপনি। অমগা অমগা নুংশিনগদবনি। মানা অদুনি, ঐনা অদানি হায়না য়েৎনবীবা অমদি খৎনবীবা চুমদে, অসিতনি। শম্না হায়রবদা মানা মানা পাম্না ধর্ম্ম অদু খ্বাইদগী অফবা ধর্ম্মনি, করিনা, জাতি খেৎনবগী রাতনি, ঈশ্বরদি অমত্তনি। ঈশ্বর অদুবু কনানা কৃষ্ণ, কনানা আল্লা, কনানা গোড, যীযু কৌনবতনি।

খুদম ওইনা হায়রবদা চীংমী, তম্পাক্কী কবুই, ইচিল ইনাওশিংনা হৌজিক খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম অয়াম্বা চৎলবইবা অসিনি। কনা অমমা কবুইদা, কনা অমনা মুসলিমদা তদুনদি ঐখোয়না কনাগী ধর্ম্মবু কৈ নত্ত্রগা ফত্তে হায়গদৌরিবনো ? অদুগা ঈশ্বরদি অমত্তুনি। মসিদা খুড়া অনীমক্ক য়ানীংদবা করি লৈরিবগে ?

ইবাইহল— চুমই ইবুংঙো, খুড়া মদুগক য়ানীই।

চাওপা—মানি ইবুংঙো, ঐখোয়না ধর্ম্মগী মরমদা য়েৎনদুনা লৈবা অসি অয়ানবনি হায়না খনজরে।

কুমার—অচুম্বনি খুড়া, ধর্ম্ম শন্দোকপদা অমনা অমবু তাথি তাওইনা, কৈ নত্ত্রগা ফত্তে, কৈদৌঙৈদস্ত হায়রোইদবনি। য়েংবীয়ু ঙসি খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম চৎপা ইচিল ইনাওশিং ঐখোয়না লৈরিবা লৈবাক অসিদা কয়া য়াম্না লৈরে। মখোয়না ধর্ম্ম শন্দোকপা মতমদা মীবু পেলহলদুনা মখোয়গী ধর্ম্মদা মায় ওনশিন্নবা হোৎনবা নত্তুনা ধর্ম্ম অতৈবু কৈ ফত্তে হায়না তৌবা থেংনদে। ঐখোয়দি ঐখোয় ইশেল খৎনরিঙৈদা মতম অসি হৌখ্রে। মীনা ইথক্তা থবক লোইনা তৌথরে।

চাওপা—চুমই ইবুংঙো, মসিদা ঐখোয়না য়েৎনবা অসি চুমদ্রে। অদুগী শরুক্তা ঐনা পাম্বা ধর্ম্ম অদু চৎচরগা মুপী অঙাং থাকপা ঙম্নবা, লৈবাক্কী অফবা রাখল পুথোক্নবা হোৎনবনা কৈদা।

কুমার- মাগ্নি খুডা, মতম অসি মওং অমা হোংলবনি, মী য়াম-খৎলকপগী ব্রাবস্তু অতুগা চান-থক্লবগী তাণ্ডবস্তু অস্তুম হেন-গৎলকই। অতুনা ঐখোয় মশেল য়েংথীনবগী মহুত্তা পূন্না থবক শূনবা হোৎনবা, লিংজেন মান্নবা, অসিনি।

চাওপা—চুমই ইবুংঙো, পূন্না থবক শূবা ওম্থোক্না কান্নখ্রে। কান্নবা হায়বস্তু হৌজিক উন্নিবা অসিনি, নত্তে ঐখোয়গী লম্বী অসিবু অস্তুম্না চৎপা য়ান্নমব্রো? ইবুংঙোনা হেক হৌদোক-পদগী কয়া মুংঙাইরবা। মসিদা ঐখোয় মশেল হাঃ অদু ভৌবা হাঃ অদা ভৌবা হায়দুনা লৈরম্লবদবু কয়াদা মাঙগদবনো?

কুমার—চুমই খুড়া অশেংবনি। খুড়ানা হৌদোক্লকপা অসিদা নীংশিংলকপা অমা লৈরে, ওসাইমথৈ কাউদুনা লৈরম্লবনি, (ফুরিৎ খাওদগী থবর লোথোক্লগা) থবর অসি ঐনা নিপা অমদগী লৈজহৌবনি, মসিদা ঐখোয়না গোভর্ণমেন্টদা চে অমা থাবদু ঐখোয়গীস্তু লুপা লিশিং ২ (অনি) দি ফংবা য়ারগনি হায়না ফাওরে।

চাওপা—(হরাওনা) কদায়দা ইবুংঙো, খুড়া অমুক্তা য়েংগেনে।

কুমার—য়েংবীয়ু খুড়া (পীবা) অদুগা ঐখোয়গী খুলনা সীনি (তাকপা)।

চাওপা—(লৌরগা পাবা) সরকার ইবুংঙো কৈদা.....।

কদাইদনো?

কুমার—সিদা য়াওন্নিবসীনি (তাকপা)।

চাওপা—উম ( বনান তৌদুনা পাবা ) নোটিশ (মণিপুর গভর্ণ.... মে .. ণ্ট....) অসিনা মরম ওইদুনা প্রজা পুম্নমক্তা খঙহল্লি। মদুদি মখাদা ইজরিবা খুলশিং অসিদা মতেঙ ওইনা লুপা লিশিং অনি, অনি, (Two thousand Rupees পীরগনি নুঙাইরেদা সত্য ঙাইখো ইবুংঙো ম'সদা ময়েক খর কাতু কারন তৌদুনা য়াওরিবা অসি করিনো ?

কুমার—মন্ত্র খুড়া ইংরাজী ময়েক হায়বদুনি।

চাওপা—হোয়নে পুমতোং হেক তোংশিন্নরে, সুম মতৈরোম্না ইরগা লোইরে। রা ঙাঙবদসু মখোয়গী ইংরাজী খর ঙাঙবগুম হেক মতৌবা। হৈ হায়বা লোইনা খঙলবনি। অদুবু....।

ইবাইহল—কদায়নোনে ইবো, ঐ অমুক য়েংগেনে।

চাওপা—এ নঙবু পাব, থোক্কদ্রনে।

ইবাইহল- নুংঙাইরেদা নঙনদি পাবা ঙম্নগা ঐন্দি করিগী ঙম-লোইদৌরিবা, হা। নঙ ঐ ক্লাসসু অমত্তনিনা থা অমা অনি-দনি ঐনা লাকখিদবা।

চাওপা—পাউ—পাউ—সে—সে ( পীবা )।

ইবাইহল—( লৌরগা পাবা ) ( মাস্ত ঙস ই পাখিবগুম পাবা) ইবুংঙোনা হায়গুমদনা মসিগী ময়েক খর য়াওরিবা অসিদি নুংঙাইখিদ্রেদা।

কুমার—চুমই খুড়া, খুড়াখোয়না পাবা রারগনি মসি ইংরাজীদা ( Two Thousand Rupees ) হায়বদি লুপা লিশিং অনি হায়বনি।

চাওপা　কয়াদ লাইখরবনো, খঙদবনা লুবজাৎ ওইরে।

ইবাইহল—মখোয়গী ইংরাজী ময়েকসিদি জাৎ অমনি মসি তমলবদি হৈনিদা—।

কুমার　তম্লবদবু হৈরোইদবা মহৈ লৈবা হৌনদে। খুড়া লোইনা হৈবা য়াই।

চাওপা—থরাই অসি ওন্থোক্লা মুংঙাইখিদ্রেব্দা, ইবুংঙো অগ্গল খিত্তং ওইমনখিদ্রুনা তৌবনিকো, ইবুংঙোনা লাইরিক হৈতবা ঐখোয়বু ঙহাক ঙহাক তম্বীবা অদুনা হৌজিক্তি সহি তৌবদুসু ঙমলে, খবর পাবসু ঙমলে। কয়াদা কান্নগ্রবা। খর খঙবা অসিদা অমুক্সু কেন্না মখোয়গী ইংরাজা অসি অমুক খঙনীংলক্লবনিসে মতম হৌখিদা সত্য—।

ইবাইহল—অতো নহা ওইরিঙৈদা খর ঙাওমনখিনে। লাইরিক তমগদব মতমদা মীনা কল্লি হায়নবা হায়রুনা সোরোক্তা থোক্কুনা মী থৎনবা হৌরিবনিদো পাম্মুইদা মতমদু, নত্তে, মী অমা ফুন্দ্রিবা ফাওবা চাক্কা চারমপোৎ নত্তেনে হা।

কুমার—মতম অদু খ বীরুরগমু খুড়া, হৌজিক খুড়া নখোয়না খর খঙবীরিবা অদু ওন্থোক্লা মমল য়ামখ্রে। লুপা লাক্ষ লাক্ষ কয়ানা লৈবা য়াবা নত্তে।

ইবাইহল - চুমই, ইবুঙো মসিদি য়োনবসু য়াদবা লৈবসু খঙদবা মহৈনি। য়েংউনে চাওপা ঐগী ইচা নিপা অতোনবা অদু লাইরিক হৈহন্নীংগ্রদুনা ঐনা তাকপসি তাকখ্রপোৎনি। মাসু ফাদবসি ফাদে। লাইনা কম্না ফাদে, ঐনা খল্লি,

ঐনা খর খণ্ডলিবা অসি ইচা মুংশিখ্রবা অসিদা পীবা য়ারমলবদিকো।

চাওপা—হোয়নে মহৈ অসি কয়াদা মমল য়ামখ্রবনো। মুংশি হায়ন্তুনস্ত ইচা ফাওবদা পীথোকপা য়াত্রবসিবু ঐখোয়না ঙসি অরেম্বদা মাঙহল্লিবা পান্মুইদা সত্য, মতম পান্মুইনা।

কুমার—খনবীরুরগনু হৌজিক্তি তুংদ' হৌরক্লিবা ইচা ইশূদা ফনবা কম্না হোৎনবনা ফরে। খুড়াখোয়না হৌজিক নীংঙমদ্রিবা অতুম্না হয়েং মখোয়না চাউরক্লগা নীংঙমদবা পোক্তনবা হোৎনবা হায়বদুনি।

ইবাইহল—মুংঙাইরে ইবুংঙো—সরকারনস্থু মতেঙ পাঙবিরগনি, হায়রেদো—। কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো। ঐখোয়না ঙসি সরকারবু ঙাইতুনা লৈরমলবদি প্রজাশিং অসি কয়াদা রাগ-দবনো। ফরে অদুদি ময়ামদা পাউ অসি তমলুনবা য়ৌরসিদো—।

কুমার—কনি খুড়া লেঙঙসি—। (চৎমিন্নথিবা)।

—লাইট ওফ—



# অনীশুবা শরূক
## ( অনীশুবা উৎপা )
## থম্বালগী য়ুম

থম্বাল অয়াবা য়াথল তৌদুনা লৈ। মপা শিখিবগী য়াবনে, মমা পোক্তবীনা অমদা থাজনবগী নৈবনে,—অঙাওবীদু ঙায়রে। থম্বাল—করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবসি। ইপা লৈরিবৈঙেদদি ঐগীদমক্তা অরাবা শরূক কয়া পুথিদুনা ইমাগী চক্রিদগী থাঙবা ঙম্লমই। হৌজিক্তি ইপাস্থু লৈত্রবনিনা ঐবু ইমানা করি করম য়োকপা। ও!……ইমা অপোকপী নঙদি উরিরোইদো, নচানা য়ারিবসি—। ইমা নচাবু লৌশিন-বীরোগবা, পম্থোবুদি নঙনা লৌশিনবীরি। ঐবুনা করি ঈরাল লৈদুনা অস্থুক য়ানা হিংহনবীরি। ও!……তৌল্লিদা মুপীগী মপোক—।

### ঈশৈ

ইমা, - ইমা-ও,
পলেম অপোকপী
নচানা য়ায়গা য়াবীবা,
নচানা কপ্লগা কপ্লিবা,
নচানা নোক্লগা, হয়াওজবী
নঙবু কদায়দা লৈবগে।
পোকপীরে নচাবু তাইবঙদা,
উহনবীরে অফ-মুংঙাই
অয়া অনা কয়াস্থু—
করিগী থাদোক্তুনা চৎলি,
নচা লাইবক থীবীবু—।
( ঈশৈ লোইবদা হক্লী-হীরু কপই )।

থম্বাল - ইমা ইমা—নচাবু কয়া কুইনা হিংখো হায়রিবনো ? নচাগী লৈক্ৰম খঙলক্লেনে। নচাবুসু লৌশিনবীরো—।

অপাবী—( থোরকই ) ইবেম্মা—ইমাগী ইবেম্মা কব্লিগী কপ্লিবা ? শিথ্রবা নপাগীদমক্তা থোইনা ৱারুগনু। ঐখোয়সু নোংমদি শোয়দমা শিগদবা ঙাক্কনি। অডুক অকোন অহানদনি। ইচাসিদি কৱিগী ৱারি, হৌজিক্তি ইমা ইচা তাম্নডুনা অফ-কত্তবা পুন্নমক খম্নরগা য়ুম অসি অমুক্তং পানবা ঙম্নবা হোৎনরসি।

থম্বাল—ইমা ঙসিসু, ইমানা নচা ঐবু কন্নাদা মুংশিনা হায়ৰিব্লিবা ইমা মতম খুদিংমক্তা নচাবু মুংশিবিয়ুকো।

অপাবী—হায়মা নঙবু ঐনা ফহন্নীংবদগী তৌবনিনে। কৱিগী ইচাবু মীরাইরুগদগে। ইচাগীদমক্তা খন্দুনা তৌবনি। হেঃ হেঃ অদু নত্রবদবু নমা ঐবু মীনা লাকচনা লৈবা য়াব্রো, ফরে ফরে চঙলো, চঙলো ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিন্নবা তৌরুরো।

থম্বাল—ইমা……( মুংঙাইতবা মওংদা লৈবা )।

অপাবী—নশা অদু ঙমদ্রগা হিগুনা হেক, পোখাডুনা লৈয়ু। ইমানা নোম্লগা লোইরে। ইচাসিদি—।

থম্বাল—ইমা ঐ কব্লিসু তৌজদে কৱিগী ইমানা নোমগদগে, ঐনা তৌজগনি।

অপাবী—মুংশিদা। কন্নাদা মুংশিপ্রবা ইচাগী য়াৱানো ? ঐদি ইচা হকচাং ঙমদ্রবা থল্লুরে। ফরে ফরে।

থম্বাল—ইমা ঐ ঙসি ন্না অমত্তা হংজগেবা।

অপাবী—হায়মা হংউনে, নমাদবু করিগী চিংনরি।

থম্বাল—ইমা ঐনা হংলুরবস্থ ইমানা হেক্তা তুমিন্না লৈ। কোম্না খঙলক্তনিদমক হায়। ঙসিদি অশেংবা তাকপীরো। পাবুঙগী শোয়াত্তা চঙখিবা, অদুগা মীঙোন্দগীনা কয়া লৌরুবা।

অপাবী হাঃ হাঃ হাঃ মুংশিদা য়েংউ ঐনা ইচা নৌমল্লি হায়-দুনা অরাব শরুক পুহন্নীংদদুনা তমদবনি। অদুবু করি তৌই হায়বগে। সে তারো, ইচাস্থ ভাবতি খরদি তারি-নিদা। হন্দক রাজো মপা মচানা তৌবা অসি য়েংউ, কয়াদা ককনা তৌগে লুখ্রাবী মচা তাদনবা। মীনস্থ হেক হায়নবা মখৈ তৌরিবনিদো। খুল অসিগী মমুংদা কনানা ঐখোয়বু লুপা অমা পাংবিনবা মী লৈব্রো ? মখোয়না হন্দক তৌবিবা অসিদি কনানস্থ য়ারোই। মখোয়গী লমন তোপ্লবনি।

থম্বাল—শেলনা কয়া শুরবা—।

অপাবী—ইয়াম য়ামপোৎ নত্তেদা, নপা নারিবৈদগী হিদাকী মাই-বগী মুম খর খর লৌবদা লুপা ল্লিশিং অহুমদগী খরদি হেল্লমগত্রা হায়না খল্লি।

থম্বাল—লুপা ল্লিশিং অহুম……।

অপাবী—উম, লুপা লিশিং অহুমনি। করিস্থ লৈতবা ঐখোয়দবু অমুক য়াম্বা শেল অসিবু কনানা পীবিগনি মখোয়সি লাইগুম্নবা মীনি হায়বদা লাল্লরোই।

থম্বাল—মানি ইমা অদুবু শেল ময়াম অদিদি করুম তৌবা—।

অপাবী—( ৱাশন্নদুনা ) ইমাস্ত খঙদ্রে করি হায়গদবনো ? মীগী মমাঙদা ইমা ইচাবু ঈকাইবা নংলগদ্রা ? মসিদা… ।

থম্বাল—ইমা, ইমানা উপায় অমা য়েংবীয়ু। নচাবু কনাগী মীনাই ওইয়ুগে, নচানা হৱাওনা য়াগনি ।

অপাবী - করিগী ইচানা মীনাই ওইগদগে । ইমা লৈরি । ইমানা পুন্নমক ফনবা শীনগনি । মসিদা অরুবা অমনা…. ?

থম্বাল—করিনো ইমা…. ?

অপাবী - ইমানা স্থম খনবদা মখোয়নস্ত য়াম্না পামজবা হৌজিক ফাওবদা হায়বা ঙমদদুনা লৈরবা চাউনা লুহোংজগে হায়না তৌজরিবা ।

থম্বাল—কনানিনা, ইমা—?

অপাবী—ইহে—কনা ওইগদগেনে হৈ, নঙগী তাদা ৱাজো মপা মচানিদনা। ঐদি স্থম খল্লুবদা, মদুনবু খর অৱাবসি কোকদ্রা খল্লি।

থম্বাল— ইমা, মাগী ৱাজো হায়বদু পামজখিদ্রেদা। মদু নত্তবা অমা • হায়বীয়ুবা, মদু নচাদা ওন্থোক্লা পামজখিদ্রেদা !

অপাবী— অপঙবীসিদি। ঐনা নঙবু হেক পীগে পীরোই ঙমদ্রো, ইচানা পান্বদু তৌগগদবনি। ঐনা খনবদি ৱাজো মপা মচাগী শেল অসিনি। নঙ লৈবদগী মখোয়না তুমিন্না লৈরিবনিদো। মখোয়না হৌজিক লৈবা য়াদে হায়দুনা হেক তাম্থোকপা ফাওবা ঙমলিবনি। ঐদি লায়রি, নঙগীদমক খনবনি।

থম্বাল—ইমা ঐনা করম্না মখোয়দা লৈবা, নত্তে নত্তে, ইমা, মত্থুগী শরুক্তা অঙাওবীগুম কে য়না চত্তুনা লৈবনা কৈ।

অপাবী—ইমাস্থু ইচাগীদমক খনবনে অদুবু খবক্তা য়াদত্থুনা ভৌবনি। ফরে ইচানবু পামত্রবদি করি তৌই। ইমাস্থু ইচাগা লোয়ননা ভিক্ষা নিত্থুনা চায়গা লোইরে। (কপশিন্নবা)

থম্বাল—(ঙক্লা) ইম·····ইমা····।

অপাবী—(কপশিন্নবা) মাইপাবুঙ নঙদি ঊরিরোই। ইমা ইচানা রারিবসি। নঙনা ঐবু করিগী থম্বীরম্লি। ঐবুস্থু পুথিরো ইমা ইচাগী লৈফম লৈত্রে। ঐখোয়গী কনা লৈরি।

থম্বাল—ইমা নচাবু করি ওইয়ু হায়ব্রিবনো? কপ্লগম্থু, ইমা! ইমানা হায়বা পুম্নমক্তা নচানা য়ানবা হোৎনজগে। অদুবু····।

অপাবী—নমানা করি তৌরুনি। হৌজিক রাজো মপা মচা লাক্ল-গনি। শেল পীরো—নত্রগা, চৎলো, ইমানা করি খুমগনি, নত্রগা কদায়দা চৎকনি।

থম্বাল—ইমা ঐনা ঙাঙনগনি, য়াদ্রে ঐনা মখোয়গী শেল শিংগনি। ঙমদ্রে ফরে—ইমাগী য়াথং ইল্লগে। (কপই)।

অপাবী—ইচানবু উপায় লৈরবদি—মখোয়গী শেল পীথোক্লগা ইচানা পাম্বা লম্বীদা চৎকদবনি, করিগী রাজো মপা মচানা লাকচনা তৌবা য়াত্রা? মখোয়গী শেল অত্থুগীদমক্তনি ইমানা রাবদি।

থম্বাল—ইমা পুম্নমক ঐনা ফনবা হোৎনজগনি। রাবিরুগম্থু, নচা লৈজরি।

অপাবী—মানি, ইচা লৈরি, ফরে ফরে অতুদি ইমা থবক অমত্তা তৌরুখিগে। ( চঙখিবা )।

থম্বাল—অসিরা লায়রবগী মপোক য়াবতনা ঐগী শরূক ওইয়ু হায়না তমগ্রবোই। ঐনা হৌজিক করি তৌগনি। ইমাদা ঐনা শেল শিংগনি, ওমদ্রগা মীনাইগুম্না মখোয়দা লৈগনি। ও! ঐনা কদায়দগী শেলনা শিংবা, মহাক অদুবু করি তৌগ্র-বনো? ওসি ফাওবদা লাকখ্রিবা অসিবু। মানা ঐবু তশেংনা কাউখ্রবা জাৎলা। মানা হায়খি, ঐগী অয়াবা তারবা মতমদা ঐগী ইমাং থাদুনা শিগনি। অদুবু লৌনম য়াহৈ ওইদুনা তোল্লগদ্রা? মানা করিগী লাক্কে, ইপাগী সোরাৎ ফাওবা লাক্কে ঐনা করি হায়রুহ্নুনা, অদুগা ইমানা করি হায়রুদুনা। মহাক লাক্কবদি ঐনা করি তৌবা হায়-দোকখিবা মতুংইন্না লুহোংবা ( শ্বর মপি হোল্লি ) নত্তে, ঐ হৌজিকমক ওজা কুমারবু উন্নবা চৎকনি। ( চঙখি )।

( ভাইহাক লৈরগা মমা অপাবী থোরকই )।

অপাবী—( মূনা য়েংলগা হায়রকই ) হুং অপাবী ঐনা থাকপা লাংবু থুদনা তোকদ্রা? মহাক্না কদায়দগী শেলনা শিংগনি। মাগী কুমার হায়বদুসু চন্না নামতা চাবা মীনি। মানা অসুক য়াম্বা শেল অসিবু ইরাই লায়না শিংবা ওইদ্রবা য়ানি। অদুনদি ঐনা থাকপা লাংদা থুবা শোয়দ্রবনি। তৌগে হন্দক্তি—অপাবী ঐনা নীংখ্রদবু শোয়দুনা তোকপা য়াগদ্রা? হে ঈশ্বর! ননাইনা নীংবা অনিদদি থুংহনবীয়ু, ( খুরুমই

মতমসিদা রাজো. নবা, চঙলকপা, অপাবীনা লাই খূকুম্বা উবদা ঙক্না য়েংদুনা লৈবা অপাবীনা হৌগৎলকপদা উবা )।

অপাবী—এঃ····ঐখোয় ইবুংঙোখোয় লেঙঙকই।

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা লাকচরি—।

অপাবী—ইন্দোল ফিদা লৌথোকলুখিগে। (চঙখি)।

(থোয়্গা ফিদা পুরক্লুনা থাবা) ইবুংঙো লেঙশিল্লু লেঙশিল্লু।

রাজো—ঐখোয় ইন্দোল ইবেম্মখোয়দি লাইবু য়াম্না কন্না নীংবিরি।

অপাবী—এ ইবুংঙো, অনীংবা অমা লৈদুনা লাই কন্না খূকুমইবনি। তরাইনা খূকুম্বা নত্তে।

রাজো—ইন্দোল ইবেম্মা নীংবু নীংলবদি নোংমা নদ্রগা নোংমদি শোয়দ্রবনি।

অপাবী—মানি মানি ইবুংঙো।

রাজো—অদু ইন্দোল ইবেম্মা, চানবীবগী মিৎয়েং অসিবু হন্দক মপোক অসিগী সুম তোকপা তারব্রা?

অপাবী—ইবুংঙো করিগী ওইরোই, (মনুংদা য়েংলগা) হৌজিক্কা ইন্দোম্না নচলগা রারী শারম্বদা মঙায়রি।

রাজো—অদু করি করি হায়রবা ইন্দোল ইবেম্মা?

অপাবী—ইবুংঙো, হৌজিক রানীংঙাই লৈত্রে, (মনুংদা হাইরপ চেপথনা য়েংলগা) হৌজিক শেল শিংদ্রগা লুহোংবা, মশানা য়ারবনি।

রাজো—শোয়দ্রনা রাফম্নিকো ইন্দোল ইবেম্মা।

অপাবী—ইহে ইন্দোম্না হায়রিবা রাকমসি শোয়ন্দ্রবনিনে। ফোঙ ফোঙ শারিবা রাকন্নি থৌরাংদা ভৌশিনবীয়ু।

রাজো- ইন্দোল ইবেম্মগী কৃপানি। মসিবু হেক মঙ্গল ওইবদা পাবুঙগা অমসুং ঐগা ই-নবা অরোনবা চেশিং ইন্দোলগী থুত্তা শিন্নজগনি।

অপাবী—ভাইখো ইবুংঙো, ( মপাল্লোমদা কুমার লাকপা উবা ) আদগীসি কনা মাল্লি, কুমার নত্রা ?

রাজো- ( য়েংলগা ) উম্ মান্নি, ইন্দোল ইবেম্মা।

অপাবী—অডুদি নখোয় অনি ভাইশাক্তুং থুপ্তুনা লৈরুখো।

রাজো— ফনি, ইন্দোল ইবেম্মা। ( চঙখিবা )।

( কুমার চঙলকপা )।

অপাবী ইবুংঙো লেঙঙকইব্রা ?

কুমার—ইন্দোল ইবেম্মা।

অপাবী— লেঙশিল্লু লেঙশিল্লু (মন্নুংদা) হায় মুপীমচা নঙবু কদায়দা লৈবগে ? নঙগী তাদা কুমার লাকই, ভাইরে। (কুমারদা) আ ইবুংঙো চুম্না সুম লাকপ্রা, অরুবা করি থবক লৈবগে ?

কুমার—চুম্না সুম ইন্দোল ইবেম্মখোয়গা অরুবা রাকম অমগী উন্নজনীংহুনা অমদি তান্নজনীংহুনা লাকচবনি। (ফমই)।

অপাবী—তান্নরগা লোইরে. করিমত্তা চিংনগম্নু ( মন্নুংদা ) হায়, নঙবু নঙগী তাদা কুমার লাকইনে।

থম্বাল—( থোরকই কুমারবু কৌই ) তাদা লেঙঙকই।

কুনার—অং ইবুঙ, সুম লাকঅমই।

অপাবী—অদুদি নচলগা রারী শারমখো—ইন্দোল থবক অমত্তা তৌরুখিগে। ( চঙখিবা )।

কুমার—আ ইন্দোল ( ফূক হৌগৎপা ) ও রারী অমত্তা শাগে তৌবনি অদুবু....।

থম্বাল—করি রারীনো ইমাগা শানবা পাম্ববু?

কুমার—অরুবা রা অমা ওইনা তৌরে। নঙগা শানবদা ভাব তাইররোই। ইন্দোলগা শান্নগদবা রাকম ওইনা তৌরে।

থম্বাল—ঐবু উনবা লাকপা নত্তবা? অদুদি লেংবীখিবা য়ারনি। ( শাউনা নৈথোকপা )।

কুমার—থম্বাল করিনো নঙনা ঙসি হায়রিবা রাসিদি! নঙ অমসুং ইন্দোলগা তান্নগদবা অরুবা রাকমনি।

থম্বাল—খঙলে, ঐনা নঙবু কয়াদা খোঁরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্বা অদুবু নহাক লাক্লে—ওন্ননা চৎখ্রে। লেঙবিখ্রে। থুনমক লেঙবিখ্রে। ( কপ্লি কপ্লি তৌবা )।

কুমার—থম্বাল নঙনা ঙসি তৌরিবসি করিনো? করে, নঙনা চঙহন্নীংদ্রবসু ঐনা লাকপগী মরমদি হায়রমগে। মরু ওইনা ইমা অমসুং নঙগীদমক্তা অরাবা তাগদবা কয়াদা ঐনা খন্দুনা লৈ হায়বসি কাউগনু অদুগা নখোয়না ঐবু খুড়াগী শোরাৎ লাক্তবদি বার্ত্তন তৌরক্তে। অদুবু শাউদে, করে, হৌখ্রে, তারো। ঐনা খুড়াগী মীৎন্দগী ভাবা কংই মত্তুদি রাজো মপা মচানা শীন্দুনা নখোয়বু তাম্মোক্লবা থবক কম্না শীল্লি। নখোয়গী মতেঙ পাংবা ঙমগদ্রা অমসুং উপায় ওই-গদ্রা হায়দুনা ঐ লাকপনি। করে, চৎচরগে। (চৎপা হৌবা)

থম্বাল—( খামদুনা) তাদা অমুক্তা ঙাইবিখো', ঐগী রাখল লানখ্রে, ( পিরাংননা ) ওঃ ইমা—নঙনা শীনবা থোরাংদা হৌজিক্তি ঐ থুগদোরেদো। ইমানা হায়বা পুন্নমক তশেংবা খঙবা ঙম্রক্লে। অদুবু··· ।

কুমার—ইন্দোল ইবেম্মনা করি হায়বা ?

থম্বাল—হৌজিক্তা ঐনা রারীদুমক শান্নরম্মীবনি। ঐনা নঙবু মরম অসিগীদমক্তা উমজনীংদুনা চৎকে তৌজরম্লিবনি।

কুমার—মরমদি ?

থম্বাল—মরমদি মখোয়গী শেল খর তোনবগীদমক্তা ঐবু···· ।

কুমার—শেল কয়া ?

থম্বাল—লুপা লিশিং অহুমনি।

কুমার—( ঙক্না ) লুপা লিশিং অহুম !

থম্বাল—উম্, লুপা লিশিং অহুম্নি। মখোয়না পাম্লিবা শেল অদু পীথোক্লগা মখোয়না করি তৌবা য়াবগে য়েংসি।

কুমার—(থম্না থম্না) অদুক য়াম্বা শেল অদুদি কনানা করম ংৌরগা কদায়দগী লৌরগা শিংগদোরিবা ?

থম্বাল—কনাদগী লৌগনি। নংঙোন্দগী নত্তনা। ঐগী কনা লৌকম লৈ।

কুমার—ঐঙোন্দগী ( ঙক্না )····অদুদা ··· ।

থম্বাল—অদুদা করি ?

কুমার—থম্বাল ! ঐনা শেল অদু কনাদগী লৌগদোরিবা অদুক য়াম্বা শেল অদুবু····ঐনা··· ।

থম্বাল—চুমই, তাদস্থ লৈতে হায়বা ঐ খঙজৈ। অদুবু মসি ঐগী পুন্সিগী ওইবা শেনফম অমনি। মসিদা করিগুম্বা শিংবা ঙমদবা থোক্লবদি সংসার অসিদা ঐবু অমুক উবা ফংলরোই।

কুমার—( মচিন মেনবা ) থম্বাল হায়হৈদে, হায়হৈদে। করিগী অদুম্না হায়রি। করিগীদমক্তা মমল য়াম্লবা পুনসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লুগনি।

থম্বাল—ফরে অদুদি, ঐবু পুবিনীংবা মফমদা পুবিরো ঐগী হৌজিক লৈফম লৈত্রব্নি।

কুমার....অদুদা ঐনা থবক অদু পাক হেক করম্না প.ঙথোক্কনি।

থম্বাল—ও। থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্রোইদবা। ঐগীদমক্তা কনামত্তা লৈত্রবা, যরে, ইরাইবক্তীনি। ( কপ্পা কপ্পা চঙগে তৌবা )।

কুমার—ঙ ইংখানে থম্বাল। নঙবু ফিংখিম্নে ( ঐগী রা তাখো। করিগীদমক্তা হুরানবা মীগুম লোঞ্জানগনি। নঙগী অরাবা অসি পাঙথোক্লবা মতুংদা, নঙবু ময়ামগী মমাঙদা চাউনা লুহোংগদবনি।

থম্বাল—ওজা, শোয়ত্রবা রাফম্না ? নত্রগা ঐবু করেম্নবীরিত্রা ? অদু ওইরবদি ঐবু ফাগী তৌবীগন্নু।

কুমার—ফাগী নক্তে, অওইবা রানি। ফাগী ওইনা লৌরুগন্নু। নঙগী শেল অদু থিরুখিগে। শেল অদু পুরক্লিবা ফাওবা নঙ ঐবু থিরকন্নু। শেল অদু হেক ফংবগা ঐ নঙগী নাক্তা শোয়দনা লাক্কনি। নঙ করিমতা চিংনগন্নু অদুদি ইবুং য়ৌরগে। লুপা লিশিং অহুম ( শোন শোন্দুনা থোকখিবা )।

থম্বাল—তাদা.... নচনবু কাউবিগনুকো। মুংঙাইতনা য়েংদুনা
নৈহৌই অপাবী লোন্না তারম্বদগী থোরকই।

অপাবী—ইবেম্মা—আনঙগী তামো কুমারনা করি করি হায়রম্মী।
( তৌশিন্নবা )

থম্বাল—লোইনা হায়রম্মে. ইমা লোইনা হায়রম্মে। থৌশিল
থোরাঙনা ঐখোয়বু তাম্বোক্নি নত্রা? অদুবু য়েংউ
হৌজিক তাদা কুমারনা শেল পুরক্লগনি লুপা লিশীং
অহুমদু। ( চঙখিবা )

অপাবী—এ। মুংঙাইগ্রবা রাকম্নিদনা, শোয়দনা পুরক্লনি নচগী
পোকমিন্নবা নবুঙদুনা ( নোকপা )।
( মতমসিদা রাজো নব চঙলকই )

রাজো—শোয়রে ইন্দোল ইবেম্মা শোয়রে।

অপাবী—করি তৌরবগে ইবুংঙো রাজো।

রাজো—য়েংউ ইন্দোন ইবেম্মা, মসিদগী কুমারনা ময়ুম য়ৌরগা
মখুরাগা রা তান্নরগনি। ঐখোয়গী অরোনবা রাশিং অসি
শোয়দনা থঙখ্রগনি। মদুদা থম্বালনা মতেং অমুক্কা
পাংশিনখ্রবদি শোয়রে শোয়রে।

নব—এস্ থবক হৈহৌদ্রবদি শোয়বা তারে। মসিদি কায়-
ময়ুম য়ৌদ্রিদৈদা বাই, এনি মিন্ননা লোইশিলহৌবা।

রাজে—এস্ মদুনা কবা তাই।

অপাবী—উম মদুনা মতীক চপ চাবা থবক্নি।

রাজো—ভায় লেঙঙসি।

নব - এস্ লেঙগুসি। ( মখোয় অনী থুনা চেনখি মতমসিদা থম্বাল ফিংনা চেম্বোরকই )।

থম্বাল—ইমা হৌজিক্কীদু কনা কনানো ?

অপাবী - হা ! কনা কনানোনে, কনাস্থ লাক্কেদা, উম্ অরাং-থংবা নখুড়াখোয়দা লাউনবা ওইরিনি।

থম্বাল - ইমা ! ঐ মখোল খঙই। রাজো নক্তুনা অতৈ ওইরম্মোই অদুগা করিগী থুনা চৎখি। অশেংবা হায়যু ইমা।

অপাবী—লমহেনবী নচিন অদু অদুম্না হায়বা হৌনব্রা ? ঐসে নমানিনে খঙডব্রা ? মসে - নঙনা তৌবনা নঙনা ফংবা ঐনা তৌবনা ঐনা। মদু নঙ খঙদ্রি ?

থম্বাল—ইমা ( শাউনা ) অশেঙবা তাকপীয়ু। নঙসি মুপী অমা ওইরবস্থ মৈতৈ মুপী খুদিংমক্কী মমায় থীহনবা মুপীনি।

অপাবী - করি ? নঙনা হৌজিক হায়বা রাদু-হা-করি নঙ ঙসি নখাদু শেৎলুরা মসি · ( চঙশিনবা )।

থম্বাল - ইমা ! চঙশিল্লকমু ( শোরী শস্তোক্তুনা থিনগে মতাগুম তৌবা ) মসি উব্রা ? ( অপাবী থক-থক নীকপা কিবনা ) মসি ইমাগী থরায় নত্রগা ঐগী ..।

অপাবী—( কিবনা খোল ওল্লে, থক-থক নীক্লা ) থম্বাল ইমা লাল্লে। ইমাবু হাৎকমু—ইমা অশেংবা হায়গে।

থম্বাল্ থুনা হায়বিয়ু ঐ তপথবা য়ারক্রে।

অপাবী—নঙগী তামো কুমারদু রাজোখোয়না···· ··· ।

থম্বাল—করি ··· ··· ?

অপাবী—মাবু হাৎনবা… ….

থম্বাল—ইমা…. ও। করি মরাল লৈদ্রুনা মাবু-উম-কৈ অদুগা ইমা নঙগী নরালদি ঈশ্বরনা পীরকসমু ঐ কুইথন্নুংদ্রে, কৈ রাজো লৈরমউ, খঙগনি (চেনখিবা)।

অপাবী—ইঃস, আশাগী ফুড়া কায়রেদনা।

(ফিনা হুমায় হুমদুনা ফমথবা)

—লাইট ওফ—

---

## অনীশুবা শরুক

## অহুমশুবা উৎপা

## লমহাং মতম নুমিদাংবাইরম

(কুমার থরায় মুংঙাইতনা রাখল তৌনা থোরকই)

কুমার—লুপা লিশীং অহুম! লিশীং অহুম! ই-স, ঐনা কদাই-দগী শিংগনি! কনাদগী লৌরুনি। করি উপায় তৌগনি? ঐনা মাগী মক্কমদা শোয়দনা পীগনি হায়রম্রে। ও! লায়র-মচা ওস্থোক্লা তোল্লিদা পুন্সি চুপ্পা অসি মুংঙাইবা শরুক ফংদত্রুনা শিবদা তারব্রা? করিগুম্বা খুড়াখোয়না খঙবা থোক্লবদি ঐবু করি হায়গনি। করিগুম্বা শেল অসি শিংবা ঙমদ্রবদি ঐগী থরায় থাখিবনা হেন্না ফরে। অসুক রানা হিংগদবগী শরুক্কগী শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফরে।

অতবু মহাক্তি ঐনা শেল পুরকনি হায়দুনা নীংঙাইদনা হয়াওনা লৈথোক্লমগনি। করিগুম্বা ঐনা শিবা থোক্লবদি মানা করি ওইবা ···অদুগীম্ন মথক্তা (খনবা) নত্তে নত্তে ঐ শিবা য়াদ্রি, শেল শোয়দনা থিগনি। অদুদি মীরৈ-বাক্তা চত্তুনা মতম খরদং শেল তান্নবনা ফরগদ্রা ? খণ্ডদ্রে ঐনা তোগদবসি, ফরে খুড়াগা তান্নরগে মদু নত্তুনা ঐগী উপায় লৈদ্রে (থুনা চঙগে তোবদা রাজো-নবনা থৎপা)

রাজো - ঙাইথো কুমার — ।

কুমার—ও! মরুপ করিগী ওইরবনো ?

রাজো—অতৈগী নত্তে, ঙসিদি নঙগী থরাথ লৌবা, মদুগীদমক্তা থাম্বা ।

কুমার—ঐবু····অদু করি মরমগীনো মদুদদি তাকপীযুদনা ।

রাজো ঐগী কাদা য়েক্ল-খুল্লো ওইবগীদমক্তা নঙবু হাৎপ····খঙঙেদনা (থাঙ শৎপা নবস্ন শৎপা)

কুমার - মরুপ! ওম্বোকপা রাখলুনি। করিস্ন লৈত্রবী নুপী অমগীদমক্ত। মী অমা হাৎপা হৌনদবা থবক্নি। মদু তৌবিগম্ন ।

রাজো—অথ-ফত্ত খঙদে নঙবু হাৎপভনা ঐগী রাশক্নি ।

কুমার - হায়হৈদে, হায়হৈদে মরূপ-মতুনা অচুম্বা ওইরবদি মরুপথোয়স্ন নুংঙাইনা লৈবা য়ারোই। অদুগীম্ন মথক্তা মরুপথোয়না পাম্বীরিবা থম্বালবুস্ন লৌবা য়াররোই। য়েংবিযু মীনা নখোয়বু মীহাৎপ মীহাৎপা হায়নরনিদো।

হয়েং শিবা ফাওবদা ফত্রবা মিংচৎ অচুদি কোক্লরোই।
অচুগী শরুকপুদি য়ান-য়ানবা থম্নসিবা মরুপ!

রাজো—ঐ নঙগী য়ান্নী ত্তাবা লাকপা নত্তে। নঙবু হাৎলগা করি ফংগনি হায়বা ঐখোয়না খঙভি। অদুবু নীংবা থুংদনা লৈবগী মহুত্তা নঙবু হাৎলগা (চঙশিনগে তৌবা)

কুমার—ভাইখো মরুপ নেশাগী ময়াইনা পুম্নমক মাঙবা তারে। ঙসিদি মরুপশিংগী মফমদা ঐনা লাপ্পরে। শাউবীগনু ঐ চৎচরগে (চৎপা)

রাজো—হৈ (চোংশিন্দুনা থাঙনা থিনব') খঙব্রা?

কুমার—ওঃ মরুপ (থাঙনা থিনবগী মখুন্দা ঈ মেনবা) মরুপ ওম্হোকপা রাখম্নিদা) ফরে হৌজিক্তি মরুপকী নীংবা থুংলেদনা (তুথখিবা)।

রাজো-হা-হা (নোক্কুনা) মানি হৌজিক্তি ঐগী নীংবা থুংলে। সংসার অসিদা ঐগী য়েরুবা লৈত্রে।

কুমার—ওঃ....থম্বাল.... (অরাবা থাঙলগা থরো থরো ওল্লি) ওঃ...(তুমিন লৈখিবা)।

রাজো—মসি মচেৎ মচেৎ কক্কুনা হাৎথিশিরনে।

(মনুংদগী থম্বালনা ভালোকপু কৌরকই)

ভালোক—কুমার ইবুংঙো কুমার (কৌরকই)।

নব-ভায় মী লাক্লে, সোমদা (মখোয় অনী চেনশিনখিবা)
(ভালোক লালতেন অমা পায়রকই থম্বালনা তুংদা থাঙ পায়দুনা চেম্হোরকই কুমারবু উদে)।

ভাগোক—কুমার ! (কৌই) ।

থম্বাল্—খুড়া ! কৌবা তাদ্রেনে ।

ভালোক - নত্তে ইবেম্মা, কয়া কুইপ্রবনো ঐবু য়াম্না চিংনরক্লে ।

থম্বাল - হৌজিক্তা ঙায়প্রিবনি, কুইখিদ্রিবনি । লম্বীদা চৎলমগত্রা হায়ডুনা তাম্নজরকপদা থেংনদডুনা খুড়াদা তাকচররিবা অসিনি । নত্তে খুড়া, য়াক্তো হায়বা মুপাতু য়াম্না কত্তবা মীনি । মানা ঐগী তাদবু শোয়দনা হাৎলম্বা তারে । (কপ্পী ) ।

ভালোক—ঙাইখো ইবেম্মা । ঐখোয় অনি চঙলগা অমুক্তা কৌসি । কুমার—ইপাগী ইবুংঙো কুমার ! (কৌবা) ।

থম্বাল—তাদা কুমার, তা কুমার (কপ্পা কপ্পা কৌজৈ) ।

ভালোক - তাদ্রে । শোয়দ্রে ইচাগী থরাই মাঙলম্বা তারে, নত্তে ইবেম্মা, ইপা, য়াক্তোখোয়দা অমুক্তা য়োঁরুথিগে ।

থম্বাল—অডুদা খুড়া, খুড়াগদি মুংঙাইনদবনিনা খুদোংচাদবা য়াই, ঐ য়োঁজরুগে ।

ভালোক—মুপী নহাক্না করম্ম !

থম্বাল - চিংনবীগমু, মহাকীদমক্তা ঐগী থরায় পাম্মুদে । ঐগী-দমক্তা মুংশা থীবিগমু । ইশাগী ইজৎ ঙাক্লবগীদমক্তা ঐগী থরায় হাম্না থাজনবা খুৎলাই অসি য়াওজরি (থাঙ উৎপা) অডুনা খুড়া, থীনবা য়াদ্রে, খুড়ানা লম্বীদা থিবিহৌ ঐ য়োঁজরুথিগে (চেনখিবা) ।

ভালোক—মুপীমচা ! ও: চৎথেদ্রো, ইচা কুমারগীদমক্তা থরায়

পামুখিদ্রবা ওঃ! ইপাগী ইবুংঙো নঙবু কদাইদা লৈবগে, খুড়ানা কৌবস্থু তাদ্রে (কৌই) কুমার! কুমার! ঐনা কৌবদা তাদ্রে, শোয়দ্রে, ইচাগী থরাই মাঙলম্বা তারে, ওঃ ( মপি তৈথোকই, থাংমৈ পায়দুনা চৎকে তৌবদা কুমারবু উবা ) কনানো ( চঙশিনদুনা থাংমৈ পায়দুনা য়েংই, কুমারনি হায়বা খঙলবদা ) হিঃ কুমার। ইপাগী ইবুংঙো করিনো নঙনা তৌরিবসিদি, ইপাদি মাঙলেনা, নত্তে, নত্তে থম্বাল। (কৌবা) থম্বাল। ঐগী ইচা কুমার সিদা লৈরে, ঐগী ইচা কুমার! ওঃ (কপই) ইপাগী ইবুংঙো! মহাক লৈবদগী খুড়ানা মায়পাক্লা চৎপা ঙম্বনি। অহল ওইরবা নপা শরুবা ঐবু থম্মগা নঙনা কদাইদা চৎলবা! উম্—রাজো, পূবচেল ফত্রবা! নঙনা চেনগদবা কদাইদনো, মপা শরুবা ঐ লৈ হায়বসি নহাক খঙদে। মচাগী লমন খুম্নবা ভালোক ঐ লৈ হায়বসি নঙ খঙদে। খুমগনি, লমন চপ চানা খুমগনি। চরা নাম্মতা চাদুনা নঙবু ফংগ্রিবা ফাওবা যুমদস্থু চঙলোই। সত্য, সত্যনা সাখি ওইসনু ( কুমারদা ) ইপাগী ইবুংঙো। ইচাগী ফিভম অসি য়েংবদা মুংঙাইত্রে, চৎসি ইপাগী নংগন্দা পোগে। নঙবু পোকপা পম্লেম পম্থো লৈরিঙৈ মতমদস্থু ঐগী নংগন্দা চাউরকপনি। অদুবু শিরমদাইগী মতম অসিদস্থু অমুক্ত ইপাগী নংগন্দা, ওঃ (হীরু হীরু কপই, নংগন্দা পোখৎ-তুনা চৎখি। চৎসি, ইপাগী ইবুংঙো............

**লাইট ওফ**

## অনিশুবা শরুক
## মরিশুবা উৎপা

( ডাক্তরগী কা অমনি। কুমায় মমায় মমিৎ য়েংবদা য়াম্না শোক্লবা ফিভম মাল্লি। অশোকপা মফমদা বেঞ্চ য়েৎলি। ফমুং অমদা হিপ্তুনা লৈ। ফমুং অসি মী খুদিংমক্লা য়েংলকপদা। কুমারবু লায়না উবা য়াবা মওংদা থাবা ফমুং ওইনা তৌই। মহাক্কী মনাক্তা অহল ১।২ অমস্তুং মহাক্কী মখুড়া ভালোক লৈ। মথোয় পুন্নমক কপ্তুবা অমতা য়াওদে। নর্স অমস্তু মাগী মনাক্তা লৈ। অহল ১ না সুংশিনা হায়রকই! )

অহল ১—সুংশিদা ইবুংঙো, নঙসে পেন্দেদা থম্মোয় অসি পুবা য়াদেদা ( কপই )।

অহল ২—সুংশিত্রেদা পাম্মুইদা (কপই)।

নর্স - অমুক্তা ঙাইবিখো খুড়া, ময়াম্না অদুম্না তৌরবদি নিপা অসিগী তুম্বা অসি কায়বা তারে—মহাকপু ঙহাক্তা মপুং ফানা পোত্থাহনসি।

১ বা—ওন্থোক্লা ফখ্রবা, সুংশিখ্রবা!. অদুদা থাঙবা ঙম্লক্রুদুনা তৌজবনি, শাউবিগনু, শাউবীগনু।

নর্স—শাউবগী নৎচদে খুড়া, ঐনা হায়জবদি অসিনি, ডাক্তরনা হৌজিক্তা ময়ামদা হায়রম্বা অদুনি। সুপা অসিনা শোক্লিবা অসিনদি থোইদোকপা ফত্তবা থোকনি হায়বা ঙমদে। মঙোন্দগী হেম্না লুনা শোকপা ক্লাওবা করিশু তৌদনা

লৈবা য়াম্না য়ামগ্রবনি। অদুবু মহাক্না হার্ট অসি ওন্থোক্লা শোনখ্রে। য়া থিজং কন্না ডাগুবা তাবা নত্রগা থুক লাউবা অমা পোকপদা শোয়গত্রা হায়বসি য়াম্না চিংনৈ ঐনা শুম খনজবদা মহাক অসিস্থ য়াম্না লাইরবা চাবা থকপা ফংদবা নত্রগা মহাক্না নীংবা থুংদবা মুঙাইতবা য়াকম অমা লৈত্রা হায়না খল্লে। অদু নত্রগা অহল লমন কায়নবা নত্রগা মুপী নহা নৌনা কায়নবা য়াওত্রা ?

ডাক্তর—মাম্নি, ঐগী ইচাসি নীংবা থুংদবা মুঙাইতবা অমদি লৈরবনি!

নর্স—অদুনি, ঐনা খঙবস্থ অদুদি ময়াম পুম্নমক মপান্দা ঙহাক্তং লেঙথোকপীদুনা মহাকপু মপুং কানা ঙহাক্তং পোত্থাহনসি। ঐখোয়না কাপচখিবা হিদাক অসি অয়োইবী থাদুনা য়েংলবা হিদাকনি হায়বা য়াই। কুইরয়োই মা ভাব তারক্লগনি। অদুনা ময়ামগী মুংঙাইতবা কপ্পা অসি উয় তারগা মঙোন্দা ফত্তবা থোরকপা য়াই অদুনা ঙহাক্তংদি মপান্দা লৈবিয়ু।

ময়াম—চুমই মপানদা ঐখোয় লৈজগে মহাকপুদদি হিংহনবী-য়ুকো মুপীমচা।

নর্স—ঐখোয়না ওবা নত্তে, ঈশ্বরগী থৌজান্নি।

ময়াম—ঈশ্বরগী থৌজান……… (ময়াম মুংঙাইতনা থোকখি)।

নর্স—(কুমারগী ফিরোল শেমজিল্লগা ঘড়ী য়েংলগা হিদাক অমা পায়রগ মমুং চঙখি। মতমসিদা মশম মমা ইকা

ফারদুনা থম্বাল চঙলকই। অমুক্তা চঙদবগী হৌনবা কোইরুপ কোইরুপ য়েংই। দুংশা থীনা কুমারগী নাক্তা চৎই। কুমারগী ফিভম উরগা মিৎতগী পি তারকই, খাঙবা ঙমদনা কৌরকই।)

থম্বাল—তাদা কুমার! নঙনা তৌরিবসিদি করি মতৌনো ( হীক্লা হীক্লা কপই) তাদা ঐ লাক্লে, অমুক্তা খুম্মু। মতম থুদিংমক্তা ঐনা কৌবা নংদনা নঙনা হান্না কৌবিবদাই। ঙসিদি তুমিন্না লৈরবদি করিগীনো তাকুমার........!

( হীক্ল হীক্ল কপই মতমসিদা কুমার খর খর লেঙঙকই থম্বাল মুন্না য়েংই )।

কুমার—( ভাব খরা তারক্নুনা ) কনানো ?

থম্বাল—( হরাওনা মপি তৈথোক্লগা ) তাদা ঐসি নঙগী থম্বাল ....! অং থম্বাল।

কুমার—থম্বাল! নঙ মফম অসিদা ?

থম্বাল—( হরাওনা ) মান্নি, ঐ মফম অসিদা ঈকায় ঈকৌ থাদোক্নুনা তাদবু উজনীংদুনা চঙজরকইবনি। অদুবু নহাক্তি.... (হীক্ল-হীক্ল কপই)।

কুমার—ইবুংগী ইবেম্মা থম্বাল! কপকনু ঈশ্বরনা তম্বনি। কত্তে নঙ লাকপা, ঐ নঙবু ঙাইবদা ওস্থোক্লা রাররনি।

থম্বাল—তাদা ঐনা হায়জবা য়াবিরম্লবদি পুন্নমক অসি থোক-লম্লোইদবনিকো ( কপই )।

কুমার—থম্বাল! নঙবু ঐনা কয়াগী মতীক মুংশিবগে হায়বদো নঙদি খঙলোই। থম্বাল! অশেংবা মুংশিবদি মপাম্থোংদা

উরোই থবক্লা খঙগদবনি। মপাম্থোংগী উরিবা শরুক অদুদি অপাম্বনি, সুংশিবা নত্তেনে। অদুনা নঙবু ঐনা সুংশি হায়বসে থাজৌ।

থম্বাল—তাদা ঐবু··· নঙনা··· ····।

কুমার—অশেংবনি, অদুবু ঐনা নঙবু লৌদবগী মরমদি সমাজ অসিগী চাউরবা মীনোক অমা লৈরি। মদু নঙ-ঐনা খাঙদুনা হিংবা ঙম্লোই। মরম অদুগীদমক্তা নঙবু সুং-শিরবসু সমাজগী মমাঙদা উংতে। অদুবু ঐগী থম্মোয়-দদি নহাক নত্তনা কনাগুম্বী অমগী মমি তাত্রি।

থম্বাল—তা-কুমার···· ····।

কুমার—মমি অদু মুৎলরোই, দেহেগা থরায়গা খাইনত্রিমখৈদি। ঙসি ঐনা অরোইবা মতম অসিদা ঐবু অমুক্তা নঙগী থোৎলবা খুৎ অদুনা নবুং অমগুম্না অমুক্তা নাম্থবিয়ু ঐগী মৈচাক অসি মুৎলগেবা! ঐ য়াম্না বারে, থম্বাল!

থম্বাল—তাদা (কপই) নঃ করিসু তৌরোই। নঙনা শিবা তারবসু ঐসু নহাক্তা লোয়ননা চৎকদবনি খঙউ।

কুমার—নত্তে, নত্তে, নহাকী রাখল অদু অরানবনি। থম্বাল! ঐবু অমুক রাহল্লগনু, ঐবু সুংঙাইনা চৎশল্লুবা, সে, লাও! ঐগী থবাক অসে প্রোক-প্রোক চাকখ্রে, নঙনা অমুক্তা অরোইবা বীদায় পীযুবা, ঐ শ্বর অসি পুবা ঙম্লক্করে থম্বাল!

(য়াম্না রানা শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লি, ফুক হৌগৎলি)।

থম্বাল—তাদা···কুমার····( চেৎনা কোনবা ) হৈঃ—

কুমার—থম্বাল ! নঙ ঐবু থাদোক্লমুকো।

থম্বাল—নঙবু ঐনা পাদোক্লোই। ঐবুস্থ নঙনা থাদোকপীগুকো। ( কপই )।

কুমার—থম্বাল···· ( মশা অদু লেকথরকই )।

থম্বাল – তা-কুমার ( চেৎনা কোন্দুনা কপ্পা ) নত্তে ঐবু থাদোক-তুনা চৎখিগনু, ঐগী কনা লৈহৌরি, ঐবুস্থ পুবিযু···· কৈ, চৎলু, ঐস্থ নঙগী তুং ইল্লক্নি, কুমার····ঐবু ঙাইহাক্তা ঙাইরমখো (থাঙ শঙুনা মথন্তা থিন্দুনা কুমারদা তুশিনবা)।

থম্বাল কুমার ঐস্থ লাক্লে, ঐবুস্থ পুবিয়ু····কুমার···( শিবা )।

ভালোক ( থুনা চঙলকপা, মতৌ অদু উবদা থংবা ) থম্বাল ! হিঃ করিনো, নখোয়না ভৌরিবসিদি, কুমার··· কুমার ·· ডাক্তর ডাক্তর বাবু ! (পাখৎতুনা কোবা, ময়াম কৌশিল্লক্তুনা য়েংবা ডাক্তরনচিংবা চেল্লক্তুনা য়েংই )।

ভালোক— বাবু য়েংবিয়ু। অমুক্তা য়েংবিয়ু।

ডাক্তর—( থম্বাল অমস্তুং কুমারবু য়েংবা, য়েংবা লোইরগা কুমার অমস্তুং থম্বালবু ফিনা কূপশিনবা ) ঐখোয়গী উপায় লৈত্রে, মখোয় অনি চৎখ্রে ( থোকখিবা )।

ভালোক—ওঃ ইপাগী ইবুংঙো কুমার ! ইপাদি মাঙলেদনা ওঃ পেন্দেদা, নীংঙমদেদা। লোইরে ইপাগী পুক্নিস্থ লোইরে, পাম্বোম নাম্মা তেক্লে। দুংশিদা থম্বাল ! নখোয় অনিমক

চৎলু, নীংবা থুংনা চৎলু। মফম অদুদগি কনাগীসু মীনোক চঙলরোই, কনানসু নথোয়বু থিংবা ঙম্‌রোই।

১বা—ঐখোয় পুন্নমকপু মৈবা পায়হনা চিংবিরম্নগা ঙসিদি খঙহৌদনা মঙাল অদু মাঙখে।

ভালোক—মাঙখে, লোইরে পুন্নমক! অমুক হন্না উররোই নথোয় অনিদি! অদুবু মুমিৎ-থানা লৈমিবমথৈদি লৈহৌরনিনে নঙগী মুংশিবগী মঙাল অসিদি····।

(তপ্না তপ্না যবনিকা হাইঙ্গিনখি)।

—লাইট—

---

লোইরবা।




